# ৱাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী



অইবা :

সনামহী : মংলেম (তাম্মা)

ওক্রম চিথেক ।।

# ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী

অইবা :



ওক্রম মংলেম (তাম্না) মীতৈ

বেষ্ট সোসিয়েল ৱাকর, ২০০৬, (মণিপুর)

থাং-তাগী এৱার্ড, ২০০৬, ইং (মণিপুর)

লালোয় হঞ্জহনবা, সনা কোনুং, ইম্ফাল।

খোংমন, ওক্রম চিথেক।।

ঃকপুম্বা অইবগীনি তারেৎ শেনজা : ৮৫/-

M U. LIBRARY
Data Entered

লাইরিক ফোংবা নুমিৎ - হিঙাঙ্গেগী ৩ নি পানবা চৈচৎ
২১।১০।২০০৯, কোরৌ নুমিৎকী য়ুমশকৈশ ব্রাংলেন পুংজা
১.০০ তাবা মতমদা শঙলেন, মিহুল থাং-তা, ওক্রম চিথেক



লাইরিক মশিং ১০০০ (লিশিং অমা)

তরেৎ শেনজা : (লুপা) ৮৫/- (মরিফুমঙা)

লাইশং, চীং, লৈহাওনচিংবা ফোটো নম্বা :
নোংমৈকাপম নিংথেমপীশক, থোংজু কোইরৌ।

লাইরিক ফংফম : অইবগী মশামক
লোয়ননা লাইরিক নম্ফম

নম্ফম : ডিজিনেট ওফসেট প্রিন্টরস,
থোংজু বোরোই মখোঙ

# ৱাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী

## (ইমাগী অশেংবা খুভম)



## (নুংফৌ চীং)

# ঙাংলৌ খুয়া থম্বালদা, কৎচবা

থাঙ্গা, ব্রাংঙু লমলেন লমনুংশি
ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী ইমাগী
খোইরি নুংশাং তাফমনি।।
নুংফৌ চীংগী চীংদোন্দা
উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী মমোমলোয়
মথক্তা মচেম শাৎখিদ্রবী
মখাদা মনাও পোমখিদ্রবী
নাইতোম শাৎচবী, তোমথিন ঙাঞ্জবীনি।।
মপোক লাংওন অমদনা ফৌওইবীনি
লাই য়োনলৈ তরংবী লাইরেম্বীনি,
খোইমোম লাইরেম্বী ইমানি
মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনি
অচি তৎতবী, অরাই কংদবী
লৈমা তরেৎ লাংওন্না
মালেম লৈময়োন কোয়দুনা
নোইনু থুমখোং পুথোকপীনি
অপাম নুংশিগী তুংনফম ওইবীনি।।
নপারীনা থাজবনা মব্রাৎলি
ইমাগী মতিক-ময়াইবু ব্রারেংজবা
লানলবা কাদা ঙাকপীয়ুকো
শোয়রবা কাদসু কনবীয়ুকো
ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী ইমাও!
কৎচরি ব্রারী শিংবুনসে ইমাগী
ঙাংলৌ খুয়া থম্বাল শোক্লা
লৎনদনা লৌশিনবীয়ুকো চানবীহৈবী ইমা।।

# কৎচবা

কুমজা, থাজ কয়াসু নোংমনখরে
অকাও-পরৈনা লাঙ্গোয় চনখরে
অনৌ পায়ানা পুনখরে
মমৈবু ময়ানা চিকখরে
তেংপানবদা পানলিবা তাইবংপানবা
লৈমন চননি খংনা হীংলিবোই।।
মপুগী লৈকোন্দা পুন্সিশিংনা
লৈরাং লৈনম ওইনা তিনখ্রবী
নোঙ্গা-লম্বী তানখ্রবীশিং
*'ওক্রম ওংবী লৈনৌ (ইবেম্বৌ)*
*ওক্রম নিঙোল শবী (ইমাপোকপা ইবোক)*
*ওক্রম ওংবী মালিকা (ইমা)'*
করম্নবু কাওরসিগে নশুনা, নপারীনা
শিন্থরীবনি পীরাংসে নিংঙমদবগী
ফমলিবনি হীদেলসিদা ঙায়দুনা
হলক্লরোয়দবী ইবেনধৌ, ইবোক, ইমাবু
খোন্নাং লম্মন শিংঙমলোয়
পীরাংলক্তা 'ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী'
কৎচরি লাইহিরিকসে খুয়াথম্বাল শোক্লা।



**MAHARAJA OF MANIPUR**

SANAKONUNG, IMPHAL

---



# ইনিংথৌগী ৱারোল

সনা-কোনুংগী লাল্লোই হঞ্জবা ওইবীরীবা ওজা ওক্রম মংলেম (তাম্মা) মীতৈনা হন্দক 'ৱাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী' কৌবা লাইরিক অমা পুথোকপীরকপা (ইবীরকপা) অসিদা ঐগী থম্মোয়দা য়াম্মা নুংঙাইবা অমদি চাওথোকচবা অমা পোকচৈ।

অইবা অসি মতম শাংনা সনা-কোনুংগী ফম্নাইবা অমা ওইনা লৈবাক্কী অমদি ইনাৎকী ওইবা থবক থৌরম কয়াদা অচৌবা থৌদাং য়াদুনা লাক্লবা মীশক অমনি। ইনাৎ লাইনিংগা মরি লৈনবা লাইরিকখক্তা নত্তনা অতোপ্পা, ৱারেং, শৈরেং কয়া ইদুনা লৈবাক্কী থাক্তা গ্রান্টনচিংবা ফংখ্রবা অইবা অমনি। য়াম্মা পীকলিঙৈদগী হৌনা ইপানাৎ-ইপুনাৎকী মমল য়াম্নবা 'থাং-তা' অমদি ইনাৎ লাইনিং অসিগী মরমদা অৱাৎপা কয়া, খরদং

ওইরবসু মেনখৎপা ঙম্নবা হায়দুনা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্কুনা, মতম চংনা, অহল-লমন কয়াগী মনাক্তা চংজদুনা থীজিনজবা মীওইনি। অসিগীশু মথক্তা খুঙ্গংশিং শেমগৎ-শাগৎপদা খোঙদাজদুনা মীয়ামগীদমক অঙম্বা থৌদাং য়াজখিবা খুম্বুবা, খুল্লাকপা (বাশিখোং গ্রাম পঞ্চায়েৎকী প্রাধান, ১৯৯২ ইং) কাখিবা মীশক্নি। পুম্নমকসিগী মহে ওইনা মমাংদসু অদুগা হন্দকসু অইবসিগী লাইরিক 'ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী' অসি ইরকখিবনি। লাইরিক অসিগী মরমদা য়াম্না মরিক চুম্না অপাবশিংদা খংহল্লগনি। মসিনা কংলৈ ইনাৎকী পুক্কে অসিদা মমল য়াম্নবা লনগৈ অমা ওইরগনি থাজজে।

মতুংদসু অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক কয়া পুথোকপীরক্না ঐখোয়গী ইনাৎকী-পুক্কে অসিবু হেন্না মপুং ফাহনবদা অইবনা অচৌবা থৌদাং লৌবীরক্কনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা অদু থমজবগা লোয়ননা পুক্নিং হন্দনা, মতম শাংনা তেক্তা কায়দনা লৈবাক্কী অমদি ইনাৎ-লাইনিংগী থৌগল তৌবা ঙম্বা ইবুধৌ পাখংবনা নোংদম্বীবা ওইরসনু॥

22.11.09.

ইম্ফাল,

লৈসেম্বা সনাজাওবা

চৈচৎ, ২২।১১।২০০৯ ইং কুমজা

## ব্রাংঙু লৈহাও-লৈরেন



(পুমকং কংলুরবদগী হিংগৎলকপা)

# ব্রাহৌদোক

পীশক-পীকলিঙৈদগী হৌনা লাইয়েকপা, ইবা-পাবা, মীতৈ ইনাৎকী থাং-তা, শরিৎ-শরাক য়াম্না পাম্না হৌরকই। ক্লাস সিক্স তম্বা মতমদগী থাং-তাং শান্নবা হৌখি। মতমদুগী শুমাং কুম্মৈদা নিংথৌরোন কয়াগী ব্রারীনা থাং-তানা য়ুমফম ওইবা, ফিজেৎ চাকচদসু (হিন্দু লাইনিং চৎচরবসু) খমথেংই। শনদ্রেম্বী-চাইশ্রা, মোইরাংগী লোইকুম লোইকাবা নুরা শান্থালেম্বী, পীদোনুনচিংবা কয়া উজহৌই। ১৯৬৪ ইং কুমজাগী মতমনি, হিন্দু লাইনিংগী মখাদা মীতৈ ব্রান্থরীবা অমাং-অশেংগী লমদা মীতৈ ইনাৎ চৎচববু মাংই হায়দুনা মীতৈ গৌরনা, বামোন ইন্থোক্লবা খমথেংবা মতমনি। হিন্দুগী ব্রারী শিংবুন্না ইবা লাইগী ব্রারী, মীতোপকি লাইরিক কয়া-কয়া পাদুনা ঐখোয় হৌরকফম খংজদ্রবা লোইন্না য়াম্না শোকচিল্লবা মীতৈ য়েক তরেৎনি। হিন্দি ফিলম, ইংলিস ফিলম্না খমথেংনা চাওখৎলকপা ঐখোয়গীনি হায়বা লৈরক্তরে। মতমদুদা ডাঃ কমলনা ইবা লৈ পরেং, মাধবী, কবি-চাওবা, হিজম অঙাংহলনা ইবা লাইরিক মঙা তরাখক্তনি হায়বা য়ারে। মীতৈগী অশেংবা ইশৈ - নোংমাই ব্রারী শিংবুন লৈনা-লৈনা লৈজদবগুম্না তৌই।

লুহোংবা, ইপানথাবা, নাহুৎ-নারেং, লৈহুন, লান্না-থৌরম, উক্রোং হোংবা (ফিরোই) হিন্দু লোন্দা সোরাৎ,

জৈগ্যা - লোন্দা-পুদাদা ঙসি ফাওবদা হিন্দুগী লাইনিংচৎপশিং য়েংবীরগা খংবীগনি। মীগী ফজবদুদা উরগা, ঐখোয়না ফজবদুদি উশিন্নদবা, অরুবনা মতায়দা অনৈবনা ময়াইদা, উতাংবীগুম্না হীংজবা মীথীবোং-মীতাম্বালগী পুন্সি ওইরি, অব্রায়বা পোৎকী মপুনি খংজদবা হিন্দুগী মনম কোকত্রিবা, লাইরিক্তি হৈবা, লাইশুদি খংদবা কয়াগী লৈঙাকলোন্না ঙসিদি হিরম খুদিংদা কাং-খোং চায়রে। মীশি-মীনা থল্লে; কুম কাংলে, মীগী মমল খংনদরে। তংদু-লৈতানা হিংবা ঙম্নরক্তরে।

২০০৯ ইং, কুমজা ফাওবসিদা মীতৈনা মীতে ওইনা হিংজবগী পাঙ্গল লৈত্রি। লোল-ময়েক, ইনাৎ, লৈঙাকলোন, য়ুম্বাললোন, থকসি-খাসি, ফিজেৎ-চাকচা, য়াহিপ-ফমফম, কয়াসিদা করম্বা ইনাৎকী মমি তারিবগে? ঐখোয় হিরম খুদিংমক্তা মীনায় নাইথাং ওইরি হায়বা য়াই। ঐখোয়না ঐখোয়গী হৌরকফম খংগে, হানজিনগে হায়রবদি ইনাৎ হনজিল্লবতদা নিংতমগনি। ঐখোয়গী য়েনহৌঙৈদগী লৈজরম্লবা, লাইনিংথৌ স্নামহী, লৈমলেন, উমং লাই হরাওবা, কয়াগী ব্রারী শিংবুনসি খংলবতদা মীতে ওইনা হিংজবা ঙমগনি হায়বসিনা ঐগী থম্মোয়দা খঞ্জদুন্তা লাকখি। ব্রাখলসিনা লমজিং ওইরগা হিংলিঙৈসিদা মীতে ইনাৎকী মনুংচনবা লাইগী ব্রারী-শিংবুন থিজিঞ্জদুনা ইবা হৌজখি। তুংগী মীরোনগী চারোন-শুরোনগীদমক "ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী" উমংলাইশিংগী মনুংদা খ্বায়না

শিংথানরিবসি শিল্লেলোম্বা ঐনা ঙসিদি ইনাৎকী, লাইরিক্কী পুক্কেদা মথেল অমা ওইনা হাপচিঞ্জরীবসে অখং-অহৈনা পাবীরগা অরান-অহুই কয়া য়াওরবসু চুমথোকপীরকপদু ফীগাও শানা লৌশিঞ্জগনি, লোইননা মথংগী খুৎনমদা মপুং ফাবা ব্রারী অমা ওইম্নবা চুমথোকচগনি; ঙাকপীগনি নিংজৈ।। লাইগী ওইবা লাইরিকসিবু পাবীবগীদমক থাগৎচরি; ইজমল মহৈ য়াল্লে নিংজগনি।।

অইবা

(signature) 9/9/07

ওক্রম মংলেম

# লাইরেন্বীগী মরমদা ব্রাহৈ খরদং

ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেন্বী উমংলায়শিংগী মনুংদা খ্বায় শিংথানরিবা লুখ্রবা লাইফম অমনি। খোইয়ুম লাইগা, তয়ুম মীওইবগা ইতোৎ-তোৎনজগুম্না মীতৈ য়েক তরেৎ কী হৌরকলোন হনগৎনা নৈনরুবদা, অরিবা ব্রারী শিংবুন, লীকলম কয়ানা তাকচৈ চীংঙু সিদবা মপু, লাইনিংথৌ সোরারেল, লাইনিংথৌ স্নামহী পাখংবা, ইমা লৈমরেল সিদবীনচিংবা, উমংলাই হরাওবগী মওং মতৌ মালেমদা থিবা ফংলরোয়দবা ঙাক্তনি। মীতৈসি লাইগী চাদা নাওদানি হায়বদা লানদরে। লমদমসিবু হান্না শেন্বা কোন্না লোইবা মালেমগী লৈময়োন্নি শিংথানরি। লাইগী লৈপাকনি; লাইরৈবাকনিসু কৌনরি। য়েংলু-য়েংলুবা মাইকৈদা, উরু-উরুবা মফমদা পুক্লিং হুবা লমদমনি, ব্রাত্ত-পাদবী ইমালৈবাকনি।

ইমাগী কোলোয় মিংলেনসি ব্রাংঙু তম্ফা ব্রাঙমলোন পান্থোয়বী, লাইয়োনলৈ তরংবীসু কোলোয়নৈ। থাঙ্গ ব্রাংঙু চীঙ্গোয়ারোন্দা 'তম্ফা' লাংওন মপোক অমগী শক্তমনি। নহাল মপোক অমদা ফৌওইবী ওইনা মোইরাংদা অকোংজাম্বগা লোইমোম ফৌগী ফৌখল, ফৌকৌরোন পুথোক্তুনা লাংওন লোইরগা ইথায় চীংজিন লানদুনা লমলেন থাঙ্গ-ব্রাংঙুদা তম্ফা ওইনা লাংওনলি। উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী মমোনলোয় ওইনা অপোকপদা নিজদুনা

ফংজখিবীনি। ইবেম্মা, লাইরেম্বীসিনা ফুয়েদুনা, চফু-উয়ান, কেগাম চরৈ-ফি শিন্নায়পুংদা শিনশুদুনা মতারোয় তরেৎকা হয়েং নমুপোং তাইবংগীদমক লাংওন তমজরকপীনি।

ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বীবু খাবা এলাংবদা থাজনবগী লাইনিংথৌ উয়ানথাবা খাবা এলাংবগী পম্থৌগা পাথৌ মশেন কুমজা কয়াদা পারী মমোম ফুইদ্রবদা অপোকপা লাইবু খুরুমজদুনা পাথৌ অনিনা থৌনিজবদা পারী-মমোম অমমম ফংজখি। পারী মশেন পোক্লবসু, মমোম মশেন পোকলবসু মতাও শান্নহনসি, মতারোয় ওইনা লোইনহনসি, পারী ইমোম পোক্লরবদি মরান য়ুমদিন্নহনসি সরী নামুংনদুনা অপোকপা লাইদা থৌনিজখি। অসুম্না খাবা এলাংবগী মপন পম্থৌনা নোঙ্গা লম্বী তানা, অমমম য়াইথেংকুমখ্রবসু এলাংবগী মংকৎলরবদা মমোম তম্ফাবু খাবদা থাজখি।

মপোক লাংওন কাওরুবী তম্ফাগী মঙালন্দা মতারোয় পাম্থোয়বীনা হয়েং মপোক্কী মঙদম্লরে। ইতা তম্ফা নংদি খোইয়ুম তয়ুম মপোকতা লাংওন কুম্মে খোংগুম্বদা কাওথোকলরোয়। নংদি অপাম নুংশি ব্রাইথুংনবা তাইবং মপোক তানফদে। চীংঙু সিদবা মপুগী কুম্মে মপুং ফান্নবা তাইবং কয়াগী চিঞ্জাক পুথোকপা লোইদ্রিদো ইতা নংনা হোয়য়াখ্রবসু খাবা 'হৈজিং-খরাই' পুরকপদা লৌদনা ব্রাইথুংনদনবা হৈরম অমা ব্রাৎহন্দুনা মরান ময়ুম পাংলগুমসি। লাইরেম্বী ঐখোয় তরেৎনা হৈগী হৈরম থিংলগে, লৈগী লৈরমসু থিংলগে। হয়েং ইনুং লৈনা ঙাল্লগা ইপল পম্থৌ

লাইনিংথৌদা হৈরম তরেৎ পুরকউ, হৈরম অমা ব্রাৎপদা এলাংবগী হৈজিং খরাই লৌওমলোই পাওহনথ্রসি ইতারোয়।

খংহৌদনা খোমলেন মীকপ থোরক্লে। তাংলৌ লৈনা থেংলবা নিঙোলগী কাদা তম্ফা নিংশিংলক্লে। হি, ইতা পান্থোয়বীনা মংগেমনরবদু অচুম্বনি খন্না ইনুং ঙানবগা থৌপাংজখরে। পলেম অপোকপী, পন্থৌ অপোকপসু য়ান্নখরে। খাবা এলাংবসু হোয়াদুনা য়ান্নখরে। হৈগী হৈরম, লৈগী লৈরম মতারোয় তরেৎনা শিন্নদুনা খাবা অব্রাবা তাখরে। হৈরম শুবা ঙমখিদরে।

চীংঙু শিদবা মপুনা শাবী-শানৌ অনিমক্কী কুম্মেবু মপুং ফানা শান্নহনখিদরে। তম্ফানা হৈরম শুদবদগী হৈজিং-খরাই লৌখিদরে। খাবা এলাংবসু হৈরম শুদবদগী খোইয়ুম ব্রাশক কায়দনা চনু নিঙোলবু তালোই শিংদা চনঙমখিদরে। অনিমক নুংগী ইচেন্দা য়ুমফম ওইজবা থোকখিবা থৌদোক ওইনা ব্রাংঙু লমলেন লমনুংশিদা ইমা লাইরেম্বী তম্ফাগী খুবম চীং, (নুংফৌ চীং) হায়রগসু খংনরিবা চীংদুম ঙসিসু লৈরিবনি। নোংপোক পাংবদা খাবা এলাংবা চীংশাং, তেঙ্গোৎ শাবী, মোকমৈ (মমৈ) চীংশাং থন্না খুলোম্না লৈরিবনি। লাইরিকসি পাবীরগা অকুপ্পা মরোল খংবীগনি।

অসিগুম্নবা ব্রারীসি ঐনা ব্রাংঙুদা চহি অনি লৈজবদা অহল লক্মন, মরুপ-মপাং, ইচন-ইচে কয়ানা ব্রারীপুম্বা হংজবদা ব্রাংঙুদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবীরম্বা খুদিংমক্লা ইমাগী ব্রারীসে খংবীরম্মী। ব্রারীসি তারগা পনুংদা নুংশি, পংহংদা

হংনিংই, থাঙ্গা কারমদাগী পেনা শকপা সিনাম সনাজাওবা ইথৌগা তাম্নবা য়াবা তাম্নরে। ঐগী ইশামক্লা ইতাও ইবুংঙো শগোলশেম চাওবা, মনিহার, লোইননা লাইরমলেন তানখ্রবা ইমাম্নবা অনিগী পম্থোশিংদা ব্রারী হংজরুবা লিহনবদসু মপোণপ ইকায় কায়দনা ইমা লাইরেম্বী তম্ফাগী ব্রারীসে অদুমক হনজিন-হনজিন মাম্নবনা মপুং ওইবদগী ইজখিবনি।

ঐনা লাইবকথিবনা থিজিনবা ব্রাৎপা হায়গদ্রা লাইপু ওইবা, লাইগীদমক শুথাং য়ৈনা মথং-মথং ফম্নায়বীরীবা অহল লক্ষ্মন, ইমা ইবেন, মরুপ মপাং খ্বায়গা তাম্নজবা ফংজহৌদবা, অব্রাৎ অপা ব্রারী শিংবুন নৈনজহৌদবগীদমক লাইগী থৌবুশিংনা ঙাকপীগনি। মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচন্নবা লাইরিকসিবু লাইগী ফম্নায়বশিংনা, খ্বা'য় তরানা পাবীরগা তাকপীরক্লবদি ইজমলগী মহৈ য়াম্লে খনজগনি। খ্বায় তরাবু থাগৎচরি।

*********

“ ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী ”

# অহানবা তাঙ্কক

(১)

লমলেন ঃ ব্রাংঙু লমলেন লমনুংশি অংপোকপনা কায়দোং ওইবা লম, মনু তাইবং মপু মালেম পূম্বগী চীংঙু থৌদা পুংওইনবা থাঙ্গ ব্রাংঙু লমলেনদনি।।

ব্রাংলেন পূংজা - য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবা নুমিৎস্না খোম্মদোন অতোনবনা তরং -মালং পূংময়োনদা হী-য়াই গা ইরোইননা খিং-খিং খিংগানা লুব্রাং ব্রাংলেন লমলেন্দা স্নাগী ক্লাগোক হাংবগুম্না খোংদোইরকলে, অঙনবা অয়ুক্কী মতমনি।

“লাইনিংথৌ উয়ানথাবগী মমোলোয় তম্ফা, অমদি পান্থোয়বী ঈবেম্মা লৈমা তরেৎমক লাংওনলক্তুনা চফু, উয়ান, কম্বী, থেলোং, কেগাম, ব্রাংখুম শাদুনা শিনায়পূংদা শিনশুরম্মী”। চনু নিঙোল তম্ফা-পান্থোয়বী অনিনা চফু (চকফু) শাদনা শিন্নয়পূংদা লৈরিঙৈদা মতারোই চনু নিঙোল ঙম্নমকসু খোংহায়রক্তুনা মপল-পন্থৌগী শিন্নায়পূংদা নোংমগী শিনশু কায়দনা শিনশুখরে।

নহাল নোংগী মপোক লাংওন অমদা ফৌওইবী লাইরেম্বীনা মোইরাং-তোরবুং লমলেন্দা মশাবী অকোংজাম্বগা থেংন্দুনা তাইবংগী অপাম-নুংশি তেমশিংনা ফৌকৌরোনগী পাথাং-পূথাংকোক্কী ব্রারীবু পূথোক্লম্নগা ব্রাইথুংনখিদবা মপোক লাংওন্দা কেগে, থাংহি ঙাংঙোয় মোইরাংদা "খম্বা-থোইবী" কৌনা মপোক লাংওন তমদুনা ব্রাইথুংনসি সরি-ব্রাশক পনদোম লোম্নখিবা মপোক্কুগী মখা শমথরকপা লাংওন ওইনা থাঙ্গা ব্রাংঙুদা তম্ফা লাইরেম্বী কোলোয়না শাফোংলকপনি।।" থাংহি ঙাংঙোয়, কেগে মোইরাংদা মপু থাংজিংগী কুম্মে য়াওমিন্নদুনা ফৌওই কোলোইনৈ শাফোংখি।"

তম্ফা – খোইনৌ ইতারোয় ঙম্নমক নতা তম্ফা ঐগী খোমলেন মঙলান্দা খোইয়ুম লাইগী মশক ওইবা শানৌ নহা লেংমান্নবা শাবী ইঙায় অমনা তেমশিংনরম্মী খোমলেন মীকপ থোকলকপদদি ইকায় নুংশি য়ান্ন-পায়মা নুংদা ব্রাখল লিশাং থারুবা ঙকইদকো সরিশো।

পান্থোইবী – ও! ইবেম্মা, লৈরাং - মানা পোমশাৎনরিঙৈ লৈনালক্তা মালং ইহুল অকনবা, খোইমু- খোইরা কনাগী লৌনম চিরোন নাপ্পা চিক্লা পাওথাং য়ৈরদ্রিঙৈদদি অপাম-নুংশি ব্রাংইথুংনবগী চৈথেং ফংজদেদো । কুমগী য়েননিং থানা লাকপদা হৈরাং-লৈরাংসু মকা লামনা শাৎচৈদো, মমোম লাংলেন চরৈহন নাইতোম শাৎপী ইতা তম্ফাগী চেংলৌ

হেনবী শক্তমসে ইঙা-ইঙেনগী ফুগায়না লৈশাৎ তমজবি থম্বালগুম, মেরা থাগী লময়ৌবী থাবুং-থানিলনা তাংজনরিবী মাইথোংনিদো।

চনু নিঙোল ঙম্নমক হরাও মীনোক তম, লিরি হুম্বা মালংনা হীয়াঙ্গৈগী লোইমোম ফৌপালনা তরেং ময়োৎ শারকপা মানবা শম্লাংশিং, য়াচংবগী নাম্মীবনা হুম্বদা লোইপোম ফৌপালনা জগোয় শাবগুম্না নিংথিজরম্মী। চনু নিঙোলশিং ঙম্নমক কেঞ্জরদুনা মোমোন- মোনমোন নোক্ল জরম্মী।

তম্ফা - নতাগী খোমলেন মঙলানগী অপাম - নুংশি ঈপাত্তা তাউথজরুবা থৌদোকশিংদো ইতারোইশিংদা থোক্তবনিনা খংবিরোইদো। ঈশাবী ঈঙায় মচা মহাক্লা তাইবংদা খোংদোইরক্কুনা শাফোংবীরবদি শাৎচমন মহে য়ানজগনিদো।

পান্থোইবী - লৈরাংনা ফুগায়না লৈশাৎ তন্নগা, লৈনম্ন া মালংবনা পুদুনা খোইমু-খোইরা কয়াদা লৈরাং শাৎফম পাওদমলুবা মকুম মথা য়ৌরকলে ইতারোয় ঈপল-পন্থৌ উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী মমোমলোয় তম্ফাবু কলক মীহৌরোইদবা তম্বা কনাবু লৈগদগে। ইতাগী খোমলেন মঙলানদু মঙফাওনরগনি ঈবেম্মা।

তম্ফা - ইতা ঈবেম্মা, পুন্সিসে মঙলাননি। থব্রায়গা-হকচাংগা থান্নবা য়ারোই। মপু মাগী

নোংদমখোল হায়বদুনি।

পান্থোয়বী – ঈতাগী য়াইবী থব্রায় মঙানা সমু হকচাং পোল্লাংবু নাওশুন্নগা উনবী থম্মোয়না খোইদাজবা পোইরৈ তান্নবা অমগা নুংশি খোংদোয়রুবা, চনু - নিঙোলগী অব্রাবসু উবীরদুনা অপোকপা মপুনা থৌজাল লনকুবীরগনি শোইরোই।।

তম্ফা – ইতা ইবেম্মা, ঐদি থক্তুতসু ইচেম লৈশাৎ তমদ্রবী ঈখাদা ইদুনিংথৌ ফুইদ্রবী ঈপল-পান্থৌগী নাইতোম থোকচবী থাজনি। লৈরাং লৈমন চনজরোই, পামু কনাগী পুন্সি নাচোমসু লৈশাৎ ওইনা চিলহঞ্জরোয় ...।

পান্থোয়বী - অপোকপা, মপু মানা ফংঙমদ্রবা মীওই মপোকনে শাৎঙমদ্রবা লৈরাংগী পুন্সিনি। করিগী উনবী পুক্লিংদা খোইরাং-খোইশাওনা নুংওনবীরীবনো ?

তম্ফা – খোমলেন মঙ্লাননিদা মঙলান, তাইবং শিন্থাগীনা ঈপল পন্থৌগী ময়াথং মালেম লৈদা তাহনফদে। চনু নিঙোল শিন্নায়শংসিদা ঙসি কোরৌ নোংগী মপু শিন্থাবু পাংলসে।।

তম্ফ, পান্থোয়বী লৈমা নিঙোল তরেৎমক অব্রা-হুইশোক লাংবা লৈতনা পন্থৌগী শিন্নয়পুংদা চফু, উয়ান, কম্বী-থেলোং, কেগাম, ব্রাংখুম, পুক্লিং চংনা শিনশুখরে। য়োই ময়াই লাইরেন তাউদনবা, নুমিৎস্না খোম্মাদোন

## ৱাংঙ্বু তম্ফা লাইরেম্বী

অতোনবসু ঈপুরোয় অপোকপগী শিন্থা তুংইন্না লুৱাং লমলেন লমনুংশি তুংওইনরন্নগে খুমন পুংদা খোংশানলগে হায়বগী মতাগুম্না অরোইবা মশেক মঙাল ফুদোরকপা ফজথোইখ্রবা ৱাংলেন পূংজা অদুদা "লাইনিংথৌ চায়রেল লাকপা অমসুং চীংনিংথৌ অনিমক থৌদু - য়ুমলেপ তম্বা থাঙ্গা লৈকায় পল্লান্না চনু নিঙোলশিংগী শিন্নায়পুংদা খোংশান্দুনা চেংলৌ শক্তম শাফোংনা, অপাম-নুংশি লময়ৌনা লাংবনগী লৈহি পুবা খোইমু-খোইরাগুম্না লৈরাংশিংগী লৈকোন চংদুনা নুংশি মকাদা পুমমেন-পাওমেন্নদুনা য়ুমলেপ চার তম্নবা চীঙু নোংদম্বা মপুনা শিন্দুনা চনু নিঙোলশিংগা উনহন্নবগীদমক শেম শাখ্রবা কোরৌ নুমিৎকী ঈচেলবু কনানদি থৈঙদগনি ?

থাঙ্গ ৱাংঙ্বু তম্ফা লাইরেম্বীদি লাইগী মপোক লাংওন ওইবনা ঙসি কোরৌ নোংদা থোক্কদবা খোমলেন মঙ্লান পীনবীরম্বদু লাইনিংথৌ চায়রেন লাকপা অমদি চীংনিংথৌ অনিদি অমুক মনাক্তা অপোকপগী মপু শিন্থা কায়দনবা পায়বা নুংদা ৱাতান্নরম্মী। অসুমনা মঙাং ৱাংলেন পুংজাদা পাথৌ অনিনা পুমেন-পাওমেন্নদুনা তম্বা ওইবা হৌনশা খোংশান্নবা লেপ্পখিবদগী লাইনিংথৌ চায়রেন লাকপা , চীংনিংথৌ, পাথৌ ঈবুংঙো থৱায় ওইবা ঙসি কোরৌ নোংসিদি থাঙ্গা লৈকায় খুল্লান্না কোয়রুসি হায়ববু । অসুম্না ৱাতান্নরদুনা লেপনখিরম্মী।

চীংনিংথৌ – পথৌ ঈবুংঙো লাইনিংথৌ নতাও ঐসু উনবী পায়মা নুংদা খোইরাং-খোইশাওন্না তিল্লাং য়োৎনা

খল্লুরিবনি। থৌদু য়ুমলেপ তম্নবা, থাঙ্গা লৈকায় লমথোক্লা পায়ম পূক্লিংনা খোইদাজবী চনু নিঙোল মকাদা অপাম নুংশি তেমশিংনা সরি পন্দোল লোম্নবা মার খোঙ্গুল লিরুসিদো।।

লাইনিংথৌ – পাথৌ ঈবুংঙো, লোইদাম থাজ চহি কুমশিং য়াম্নকলে, পাখঙ শারেপ ফারকপা, থাঙ্গ লৈকায় পললাম্না শামান-লেংমান্নবী চনু নিঙোল মকাদা অপাম নুংশি লময়ৌনা খোইমু ওইবা হৌনশানি লৈরাং ওইবী নাপ্পা চিক্লা চিরোলহৌদ্রবদি হনু-মাল্লে কাখিদনা, কমলাক কুরু শুংলক্নুনা লৈরাং লৈখোক লোইবগুম্না ...।।

চীংনিংথৌ – চীংঙু নোংদম্বা, সিদবা কোলোইনরিব। মপু মাগী শিন্থনিদো। লাইনিংথৌ চায়রেনলাকপা থৌদু য়ুমলেপ তমদনা পাখং ওইবা হৌনশা পন্থৌগী মিৎয়েংখাদা হাই-হুম্না পানবসিবু পায়মা নুংদা ...।।

লাইনিংথৌ – সামা পাঙ্গল কল্লিঙৈ, উনবী পূক্লিংনা সোইনাইদ্রিঙৈ লৈরাং নাপ্পদা থেৎতুনা লৈঙাক ব্রায়েন, পারী ঈমোম ফুইনা চনু-নিঙোল পোকমিন্নরে মতা শান্নহল, পারী মশেল নোংদম্লকসু মতাও শান্নহল, পারী ঈমোম ফুইরবসু য়ুমলেপ চরা তম্নহন্দুনা লৈরোং লাইদা কৎপগুম্না ব্রাইথুংনহনগদবনি।।

চীংনিংথৌ – (হরাও মোমোন নোক্লদুনা) পাথৌ,

চায়রে লাকপা পারিং চুম্না তুংলম চৎকী পুন্সিদা পাথৌ অনিগী তৎন থানবা য়ারোইদবা থৌদোকশিংসে থৌদু য়ুমলেপ তম্নরক, পারী ঈমোম ফুইনরম্লবা ওইরম্লবদি অমুক খোমলেন মঙফাওনরম্নগদবনি।

লাইনিংথৌ – চীংনিংথৌ ঙসি কোরৌ নোংজাসি থাঙ্গা ব্রাংঙু লমথোক্লা উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী শিন্নাই পুংদা মথক্তা মচেম শাত্রবী, মখাদা মনাও পোমজদ্রবী তম্ফা, পান্থোয়বী লৈমা তরেৎমক্লা শিনশুরীঙৈ চকপা ফুয়েরিঙৈ চরৈ ফিশা, ফিথেংববু খোইদানা ঈশানৌ অমমম খল্লুসিদো।।

চীংনিংথৌ – য়াইফথোইরবা কোরৌ নোংজসিদা খোংশানসি, কোলোই মিংলেন তাখিবগুমসু তৌই। চেংলৌ শামনবা লৈরাংগী লৈখোক শংদুনা চিরোল্লুরসি পাথৌগী ব্রা পাংজরক্কে।

লাইনিংথৌ – লৈরাং ওইনা হৌনশা লৈকা খুদিং চিরোনবা, খোইম খোইরা কয়াগী কায়দোংফম ওইবীনিদো, অরেপ্পা পায়না নুংগী লংলা-লংজিন ফংঙমদনা নুংশি তেনগা থোংফদে পাথৌ।।

চীংনিংথৌ – পাথৌ, লূব্রাং ব্রাংলেন পুংজাদা কোরৌ নারন-পাবোৎ লোনদ্রিঙৈ, খুমন পুংদা শিনকুমদ্রিঙৈ চনু নিঙোলশিংনা পায়মা পুক্লিং চংঙনা শিনশুরিঙৈদা ব্রাইথুংহৌশি । পাথৌ ঐসু মোংবা ইরান য়াইদা

খোংশান্নখরগে ।।

অসুম্না পথৌ অনিমক ঙাইহাক পুংগোয় ব্রারী শান্নদুনা মিৎস্নাগী ব্রাংমদা, পুক্লিংগী পনখৈদা মমি শান্নখরে। লাইনিংথৌ চায়রেনলাকপা চীংনিংথৌ অনিমক লেপ্পা লৈতনা লাইজ ঈচেলগা চাংদম্নরিবা খোইমোম লাইরেম্বীগী মতমপাত্তা লুব্রাং ব্রাংলেননা হীয়াং হীরেন তোংদুনা খোংশানলকপদা হৌনরুবা লৈতনা সনাগী হী অমমম তোং, লুপাগী নৌ অমম পায়দুনা খুৎহাম তোয়না হোন, চেক্লা চাদী শেম্ব্রাংনা মালেম থাত্তা পায়বগুম্না উয়ান থাবা লাইনিংথৌগী চনু নিঙোলশিংগী শিন্নায়পুং য়ৌন্নবা থাঙ্গা ব্রাংঙু তুরেন্দা হোনজিল্লক্লে। মিকুপ-নাহুম কাংদনা খোঙকাপা ঈহুন তম শিন্নয়পুংদা খোংদোয়লক্লে।

লাইনিংথৌ – (য়াম্না চীংলেম্না) –হা: ইবেম্মা চনু-নিঙোল ঙম্নমক শিন্নায়পুংদা শিনশুরীবী 'করী নুঙগীবু শিনশুরিবা ওইরবনো ? চীংঙু কনাগী থৌহনশিন্নো পায়মা পুক্লিংদা খংজনিংখরেদা । চনু নিঙোলশিংনা পাখং ওইবা থৌদু য়ুমলেপ তমজদ্রিবা, উনশা পাথৌ অনিদা ব্রাগী নাতৈ কাংবীরবদি পায়মা পুক্লিংদা পেনজখ্রনিদকো ।

শিন্নায়নুংদা শিনশুরীবী চনু নিঙোল ঙম্নমক পায়মা পুক্লিংদা অপাম নুংশি মৈব্রায়রক, লমজাও লাংমৈনা চাকপগুম থিংঙমদ্রবা ঈপালথাগী ঈচেলনা তোবর্বান

চাংজৌনা পাখৎ লকপগুম তম্ফা, পাম্থোয়বী লৈমা তরেৎমক ইঙক-ঙক্না ঈকায় নুংশি য়াম্নমা খোমলেন মঙলান্দু মঙ্ফাওনরক্লবদা তম্ফাদি লুরেনথক্তগী খুয়া-থম্বাল ফাওনা অপাম নুংশিগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা নুংশি ঈচেলনা ঙা থেংলরে। মতারোই চনু নিঙোলশিংবু শিনশুবদি খুৎথাদনা মিৎচি-মিৎচি তেনগা থোংনৈ মচে তম্ফাদা অমুক মিৎচাম্নে, খোইয়ুম মাইথোং হেল্লবা য়োইনৌ স্না, য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবনা অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদা চীংখৈ ফীদুপ অহুমদগী অহানবা পম্থোং হাংদোক্তুনা তরং-তরং শিনশুরকপগুম্না উবদুদা অমুক মিৎচাম্না হুইঙক-মাইঙক্লনা য়েংউ য়েংউবা মাইকৈদা মিৎচাম্নবা ঙল্লক্তরে। ব্রাংঙু তম্ফা ঈবেম্মা ব্রাগী নাতৈ কাংলগে চনু নিঙোল য়াব্রাসে ঈকায়-ঈকি ব্রাংমা লান, লৈরাংগী লৈকোন ওইরিবা শিনশুবদা খোংহাইরকপা খোইয়ুম ওইবা হৌনশা য়াব্রা য়াথংনা চনু নিঙোল ঐখোয়দা তেমশিংনা, হংলক্লবদি তরাই-তরাই ব্রাগী নাতৈ কাংফদে, ব্রাগী ব্রাহন চুমদনা নুংশি মকাদা ব্রাতায়নরুরগা ঈপন-পম্থোনা করি ....... পলেম ঈমানা করি .........। হুম ! ঙসিদি লমলানবা মকাদা নিঙোল চিনফেন ফাররোই নোংমা ইনুং অমদা কাংলগে নিংলদুনা ব্রাগী ব্রাফে থৈনা কাংখরে।

তম্ফা – চনু নিঙোল ওইবনা, পায়মা পূক্লিং থেনবীনা অসুম্না শিন্নয়পুংদা লাইনিংথৌখোয়না খোংহাইবীরক্তুনা ব্রাহং-পাওহংবীরগনি খংজহৌদবনা নিঙোলবু পোকপা পম্থৌদা ব্রাহং পাওহংজহৌদরে।

কোরৌ শিংবুম তরেৎনি লানদনা উনশা কাদা পাওমেনজরগে চনু নিঙোল ঐখোয়বু খোইখা-লিনখা থীবীনু।

লাইনিংথৌ – শিন্নায়পুংদা শিনশুবীরগা চকপা ফুয়ে শারগা, ফিশা তেনগাথোংববু করি নুংগীনো খংবীরকদবসি, খংনা-খংনা উনজা মশেন নত্তে পূক্নিংনা খোইদাবীদবনা নাইনু-কিশি থম্বীবরা খনজেদো ইবেম্মা।

তম্ফা - ঈপল-পন্থৌগী শিন্নাইপুংদা শিনশুজবা চনু নিঙোল ঐখোয়নি। চকপা ফুয়েনা, চরৈ-ফিশাবসে করি নুংগীদা শিজিন্নবনো খংজদবা তশেংবমক্নি। হয়েং কৌবা কোরৌ নুমিৎতা পন্থৌ মকাদগী খংজরক্লগে, তন্না খোঙহাইবীরক্তুনা খংবীরবদা .........।

চীংনিংথৌ – চনু নিঙোল ওইবীশিংনা শিন্নায়পুংদা শিনশুরগা করি নুংগীনো খংবীরমদবসি পায়মা পূক্নিং লাংতক্লজে। হয়েং নোংদি পলেম-পন্থৌগী মফমদগী অরেপ্পা অমতং খংবীরমউকো ঈবেম্মা। খোইয়ুম পাখং ঐখোয়সু ঙসি কোরৌ নোংগুম তননা খোংহায়জরক্কে।

তম্ফা – পায়মা নুংদা কিশি থম, উনবীনুংদা খোইশাওনা ব্রারৌ পুরৌবীগনুদো চনু নিঙোল ঐখোয়দা। ঈকায়-ঈকি লান্না ঈপল পন্থৌদা শানৌ ননিং থুংননবা ...।

লাইনিংথৌ - থাবুং থাজগুম্মা চেংলৌ শক্তম্মা শুমহাৎয়াই পুরিবী শিঙেল চিনি-চম্প্রাগুম ব্রাহৈ খুদিং কোচি থেৎ, থম্মোয়গী পান্দম লাক্লা তেমশিংনবী ঈবেম্মা । শানৌ নকাদগী নাপ্পা চিক্লা কোলোয় মিংলেন খংজনিংববু পলেম - পম্থোগী য়াব্রা তুংইন্নখিগদ্রা ?

ঈবেম্মা তম্ফা ব্রাঙমলোয় ঈকায় নুংশি পল্লাননা নুংশি মকাদা হায়সি হায়ঙমদা উনবী নুংদদি ওমচাক্লা হায়রগে খল্লি লেমলৈ ঙানা লাইজ ঈশিং পানবগুম্মা মতারোই কয়াগী মমাংদা ফোংঙদনা ওইনজরীঙৈদা মতারোয় পন্থোয়বীনা লাইনিংথৌগী অপাম্বদু ঈখৌ-লাংবা কোকহনখরে।

পান্থোইবী ঃ - লাইনিংথৌ য়াইফবা ঈপন-পন্থৌ শক্লবা উয়ান থাবা লাইনিংথৌগী তোমথিন ঙাঞ্জবী মথক্তা মচেম শাৎতবী, মখাদা মনাও পোমদ্রবী, ঈদু নিংথৌ মপৌব্রাসু লৈজদ্রবা লৈরাং লক্তগী অথোইবী, শিঙেলক্তগী লৈনম চাওবী, চীঙু অপোকপগী খুদোললৈ তোমথিন ঙাঞ্জবী "তম্ফা ব্রাঙমলোই" কোলোইনজৈ।

মিৎস্না লকা অনি তথক-তথক মালেম লৈদা খোংবীনা তক, মতা পান্থোইবীনা তম্ফা কোলোই পাওদমখ্রবদা ইকায় নুংশি য়াম্না থম্মোয়নুংদদি ওইনজবগী মাইথোং উলকলে।

তম্ফা ঃ - চনু নিঙোলগী কোলোই মিংলেনবু নাপ্পদা নাচোম ওইনা থেৎপীরবনিনা লাইনিংথৌগী কোলোই মিংলেনশু চনু নিঙোল ঐখোয়দা চিংন-পরৈ লৈতনা

য়াথংবীরমউ।

চীংনিংথৌ ঃ – ঈবেম্মগী কোলোয় মিংলেননা পাথৌগী থম্মোয় লাইয়ুমদা তিনখিবগুম্না, ঈবেম্মা তম্ফানা লাতক্ল রিবা নাপ্পা চিক্লা তাবীনিংবদু লাইনিংথৌ চায়রেল লাকপা কোলাইনৈদো ইবেম্মা। কোলোয় মিংলেন খংনরে, নুংশি য়াব্রাসু পাওদম্নরে, ঙসি কোরৌ নোংদগী নুংশি লিপুল শেমলসিকো তম্ফা ব্রাঙমলোয়।

লাইনিংথৌ ঃ – তম্ফা ব্রাঙমলোই, চেংলৌ হেনবী কোলোই মিংলেন নাপ্পা চিক্লা লৈশাৎ তম্নখ্রবনিনা কোরৌ নুমিৎনা নারন-পাবোৎ লোনদ্রিঙৈ খুমন মরাংয়াই পাংখিগদৌরে, চনু নিঙোল ওইবী নখোয়সু পম্থোগী মোংবা মরাংয়াইদা হলব্রাইহৌরো পথৌ ঈবাননিসু অয়াং লমহৌরগেকো।

তম্ফা ঃ – (ঈকায়-ঈকি পল্লানা নুংশি মকাদা হায়খিরম্মী) চনু নিঙোল ঐখোয়দি পম্থোগী মোংবা ইরানয়াইদা হনব্রাইদনা লোইয়ুম্বা তম্বা কনাগী হৈনা তুংইনজরুগনি।

– লাইনিংথৌ, চীংনিংথৌ অনিমক সনাগী হী, তোংলদুনা লুপাগীনৌ পায়রদুনা লাইজ ঈপাল লানদুনা খোংশানখরে। য়োইময়াই লাইরেন তাউদনব নুমিৎস্না খোম্মদোন অতোনবনা সনা অহিংবা মশেক মঙালগা ইরোইননা ফুদোক্লম্লগা খুমন মরানব্রাইদা নুমিৎনা নারল

পাবোৎ লোম্না য়ুমচংখরে।

পাম্থোইবী ঃ – ঙসি কোরৌ নোংসিদি ইতাগী মাইথোং লকাসে মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীদো অসুম্না ফজথোয়রমগদরা চাংদমনিংলকই। খোমলেন মঙ্লানগী মহে য়াল্লে, নিংজ কাদা ব্রাইথুং পামজ মকাদা য়ৌগদবা লোইদাম থাজ কয়াবু ব্রাৎলিবা ...? ইতাদি মপোক ফৈদকো ...॥

তম্ফা ঃ – (মতারোই কয়াগী মমাংদা ঈকায় নুংশি য়াম্লনা) শিঙেল চিনি চমপ্রাগুম্না ব্রাহে অমগা কোচি অমগা ..., নতা তম্ফা ঐগী মপোকসি চীঙু সিদবনা করিবু তম্নীগবা ...।

পাম্থোইবী ঃ – (নোকমী নোকমী, মোইথেম তৌরদুনা)

ইতা তম্ফা, লৈরাংগী মপোক্তা পোকচরুবনা ঈকায়থীবী হৌনশানি। শাবী-শানৌ হায়বসি অপাম-নুংশিগী মপোকনী চীঙু মাগী নোংদমখোলনি। ইতাগী লাইবক্তা তমলমলবদি ঈলদা লকচরকপা লেমলৈ ঙাগুম্বনি করিগী নুংনাংবীরীবনো ।

তম্ফা ঃ – ইতাখোয় ঙম্নমক নতা তম্ফা ঐদি মিকুপ খুদিং, খোংথাং খুদিং অপাম নুংশিগী ঈরৈনা খোমলেন মিকপ থোকলোইদৌরে। কোরৌসু মোংবা মরাইয়াইদা খোংদোইখ্রবনিনা চনু নিঙোল ঐখোয়সু খোংদোয়রসে।

মতারোয় ঙম্নমক চিবাল লকাদদি ফোংঙদনা নোকমি নোকমি ব্রাতানৈ। মিৎচি-মিৎচি ব্রাংফোংনৈ, মকা লান্নদি তাহন্দে। মতারোয় অমগী মরক্তগী –ও! পাম্মুইদা উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী মমোমলোয় তম্ফা, অপাম নুংশিগী থৌরীনা পুন, মালং ঈহুন অকনবা লোইবী চীংনা থিংঙমদা, মাঞ্জা মাগী য়াব্রানা চনু নিঙোল নাপ্পদা শিংজা-য়ৈরবদা উনবী-পুক্লিং নৌহৌনা, থম্মোয়-চেক্লা মাবু ফাসি ফাঙমদা নুংশিবগী অব্রা চৈথেং ফংলবোই, কলক পেনজৈএ –মাগী মাগী মতমনবু য়ৌরক্লবদি চুরমদবা কুমগী নোংসু মচুরকই, ঐখোয়দি চোৎপীররোই

শিন্নায়পুংগী চনু নিঙোল ঙম্নমক নোকমিন্নরদুনা খোংদোই হুনলকই। য়াংদৌ লম্বী খোংশানলকপদা মতা পাম্থোইবীনা ব্রাহৌরকই।

পাম্থোয়বী – নতারোয় ঐখোয়বু পায়মা নুংদা নিংশিংবীদ্রবসু য়ারনিদা ...। নুংশিগী তেম্না পাল্লবদা, নুংশি চৈথেংনা মৈব্রায়রোইদবা লৈরমলোই।

তম্ফা – ইতাখোয়, করিনুংগী শিনশুবীবা ওইরবনো চীঙু মাগী থৌইনশিননো খংজনিংখরেদা হায়না য়াথংবীরম্বদু ঈকায়-ঈকি ব্রাংমা লান্না ঈপল পম্থৌ, পলেম ঈমা পোকচবীগী মফমদা লংলা-লংজিন ওইম্নবা পুমেন-পাওমেম্নজরক্লগে।

পাম্থোয়বী – হোয়য়াজরে, হেয়ায়াজরে তেমথিন

ঙানজবী-ঈবেম্মা। চনু নিঙোল ঐখোয়দা অহকপা য়াব্রানা নুংশি চাংয়েং ব্রাফোংলম্বা করিগী পাওখুমদনি ইতা । ইতারোয় ঙম্নমক খোমলেন মঙলান মঙতমসে হয়েং কৌবা কৌরৌদি নুংশি পাউখুম ব্রাহনসে।

তম্ফা - ইতারোয়, ঙম্নমক অয়াং লমহৌরসি মোংবা ইরায়াই য়ৌরবনিনা নতা তম্ফা ...।

তম্ফা, পান্থোয়বী, লৈমা তরেৎমক উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী শিন্নাইপুংদগী ঙসি নোংগী শিনকুমখরে। কোরৌনা অমমম লোক্তা নোংদম্বা লাইগী থৌদা (মঙম) লোইখিবনা খোইমোম লাইরেম্বী, মতম কৌবীনা মহৌশাগী অমুবা চরৈনা মালেম ঈমাগী শক্তমবু কুপ্পপগী খুদম তৌরবুং লমজাওদা য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবনা য়াইশা শগোল তরেৎপু পাবোৎ লোন, মপু মাগী লৈকোন্দা তরু-তহেন্না খোংশনবদু উরগা তরং-নোংদদোনদা চেল্লিবা নিংথৌ-তুরেল, অপঙা কয়ানা লৈতেংলিবা লোইবা খম্বা নাইদ্রবা খোইয়ুম-তয়ুমগী মিৎস্না লাকাগী অরোইবা পনখৈদা শকলোৎখরে।

# অনিশুবা তাঙ্কক

## (২)

লমলেন, উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী সনা সঙ্গায় (মোংবা মরানয়াই) লমলেন ব্রাংঙু লমনুংশিদনি।

ব্রাংলেন পুংজা - খোইমোম লাইরেম্বী, মতম পুবী ঈমানা খুমন পুংদা মপারী অহল য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবা নুমিৎস্না খোমাদোন অতোনবা খিং-খিং খিংগববু খুমন লমলেন লমনুংশি, তাইবং মালং খোইয়ুম তয়ুম পুং ময়োন্দগী নাথৈখ্রগা মবুং তরেৎকী থাবাদোন ঙৌরবা চরৈ নমখাং থোন ঈপা সোরারেনগী জগোয় শাবী লৈমা তরেৎকী চেংলৌ শক্তমদগী হেননা চংখোন্না থাঙ্গা ব্রাংঙু লমলেমন্দা শাফেংলকপা মতমনি।

থাঙ্গা ব্রাঙু লমলেন লমনুংশিলক্তগী অথোয়বী লোইবী চীংলোন কয়ানা লৈরাং থম্বালগী লৈকানা কোয়শিনবা থমচেৎকুম নিংথিবী মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা তাংজনফম ওইরীবী ঈমাগী শক্তম য়াচংবদা থয়াইনরম্বদু ফিঙৌ শেৎপী থাবদোন মবুং তরেৎকী থাজনা মপন পন্থৌ অপোকপা লাইগী থৌদা তরং-মালং মপুংয়াইদা ঙৌরবা ফিরাংজিনা লৈফোন মচুগুম্না চায়থরক্লবদা তাইবংপানসে লুপা মহি চেনবগুম্না ঈরং ঈপাক ওইরক্লে।

চীংয়া-তময়া লৌবুক-লমহাং, উরী-উপান, হৈকোল-লৈকোন কয়াগী ফজরবা শক্তম, লিরি হুম্বা মালংবনা পুরকপা হৈনম, লৈনম, য়াচংবদা মোংবা মরানয়াই য়ারেকখ্রবা পোম্বী চেক্লা, নুমিদাং চাক্তবা লমলক্কী চেক্লা কয়ানা উনবী পুক্লিং হুন্না খোংলিবা, থৌব্রানমিচাক্কী ঙৌরবা মচু কয়া কয়ানা তম্ফা-খুদোপ য়াইওইবগুম্না মশেক মঙানগা লোইননা ফুদোরকই। লোইবা নাইদ্রবা য়েংউ- য়েংউবা মিৎফমদা মিতানফম, ওইরিবা পুক্লিং হুনা থিংঙমদ্রবা মতমসিদা খোইয়ুম তয়ুক ঙম্নমক ফজবনা শুমহৎলবা, অচিকপা মোং-হাখিদ্রবা মহৌশা লাইরেম্বীগী খুদোলনি । অপাম নুংশিগী থিংঙমদ্রবা মোং হাদ্রবা ঈচেলনা ঈব্রাইরক্লবদা চনু নিঙোলগী থম্মোয় লাইয়ুমদদি কলবা নোংজুগী শাফুগুম পুমনিল-নিলখরে।

অসিগুম্নবা ৱাংলেন পুংজাদ থাঙ্গা ৱাংঙুদা খোইয়ুম লাংওনা মপন পম্ট্রো উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী সনা সঙ্গায়নুংদা তম্ফা ৱাঙমলোয় অপাম নুংশি মৈৱাইনা শাবী মঙায়মচানা পুকমেন পাওমেন্নদুনা হংজরম্বা য়াৱাবু পাওহম্নবগীদমক্তা পায়মা নুংদা মওল-মওল খল্লদুনা নুংনাংলিঙৈদা চীংঙু নোংদম্বা লাইনা ঈবেম্মা তম্ফাগী অৱাবসি উবীরদুনা পালেম মমা অপোকপীদু খোংহাইরকলে। পলেম মমাবু উজবদা শ্বায় লাওনা নিংশা মপী হোল্লদুনা মাইথোং লকাদু লৈচিলনা কুপ্লবা থাজগুম উরক্লে।

লৈগী লৈচু, উহৈনা মমুন ফারকপদা উগদবা মচু

মাইথোংদো উরক্লবদা পলেম মমাগী পায়মানুংদা অব্রা হুইশোক লাংখরে।

লৈমা - (মমোমলোই মাইথোংদু উরুবদগী)

ঈমোম লাংলেন চরৈহন, ঈমোমলোই তম্ফা নাইতোম শাৎপী থাবদোন, কোরৌ নোংমা চুপ্পা শিনশুরুরগা তরা চাকলেন চিন্দমদনা করিগী তুমখন তানগনি। নতারোয় চনু নিঙোল কনানা, তম্বা ওইবা হৌনশা ঈমোমলোয়গী কাদা লোইরং-শিংখোং ওইনা থঙ্গা লৈকায় লান্না খোংহায়রক্লনা লাকচ-খুদুম চনখিবা চনু নিঙোল, পীবা কনানো, নপল পন্থৌ লৈরিঙৈদা লাকচগদবা। ঈকায় ঈকি পলান্না ইমোমগী য়াব্রাদো পোরোন শৎপগুম্না কাংলোগবা ইমোম লাংলেন থাদোয়।

তম্ফা, চনু নিঙোলনা তৌরাংথক্তা ফম্লম্বদগী পলেম মমাগী য়াব্রা খোঞ্জেন তাবদা হরাও মথোয় কানা নোংদম্বা লাইনা কুবীরদুনা ব্রাগী ব্রাহৌ কাংলক্লবদা তাম্নগী খোঞ্জেন, কোকিলগী খোনথাং, শজি মিতাবু ঙমজবী মিৎচি, থাজ মানবী মাইথোং উরুবদুদা পলেম মমাদু চীঙু লাইরেম্বীনা শকলোতুনা লৈবগুম্না চেংলৌ হেলমগদ্রা তুজুংই।

তম্ফা - পলেম ইমা অপোকপী নমোম তম্ফাবু চনু নিঙোল, তম্বা নুপা ওইবা কনানবু লাকচ-খুদুম চনগনি। পলেম-পন্থৌ ব্রাৎতেদো, নমোমগী অব্রাৎপা হায়ববু খংজনিংবা মাংওইবা, হংজবদি ঙমজদবা য়াব্রা

কয়া অমনি, পলেম ঈমা, পঙ্খৌ ঈপাদা নত্তনা কনাদা ৱাতাম্নরুগনি ?

"ঙসি কোরৌ নোংদ চনু নিঙোল ঐখোয়না চকফু ফুহিং য়ৈরিগে, ফিশা তেমথেং কাংলিঙৈদা খোইয়ুম পাখং ওইবা অনিখক শিন্নায়পুংদা খোংশান্নলক্লম্মী পালেম অপোকপী।"

লৈমা - (হরাও তুজুং পোক, খংনিংবনসু লাংতক্ল া, মমোম লাংলেনগী য়াৱা তাবা লোইদ্রিঙৈ)

তম্বা নুপা অনিদুদি ঈমোম লাংলেম্না মাংলমচৎতা চেংলৌ শক্তম খোইদারুবা, শাফোংখিবা লৈতবরা ? লমলেন কৈদগীনো, ফিজেৎ চাকচনা করিনা ওইবগে ঈমোমলোই ? পলেম ওইবী মমাদা য়াৱা ফীগে শেংউকো।

তম্ফা- (হরাও মীনোক তম, য়াৱা খোজেন তথক্লা থম্না থক্কী লাইজগুম ৱাগী ৱাখৈ শেংলকলে)

"পলেম, অপোকপী, চীংঙু লাইগী মতিকনি, খোইয়ুম শিংদো চংখোল্লি, সনাগী হী তোং, লুপাগী নৌরেল পায় শিন্নায়পুংদগী হীদেল মপাদা হী খান্নগা শিন্নায়পুংদা খোংদোয়রক্কুনা পাওহংলবনি অপোকপী।"

লৈমা - চীংঙু লাইগুম্বা, সনাগী হী অমমম তোংবা, লুপাগী নৌরেল অমমম পায়দুনা খোংনেৎনরকপা চেংলৌশু হেনবা খোইয়ুমশিং অদুনা ঈমোমলোইদা করম্বা ৱাহৈ নাতৈ কাংলবগে তমুগবা

পলেম নমাদা ঐঙোন্দা।

পলেম মমাগী মফমদা ওইনজরদুনা উনবী নুংদা ওমচাকরিবা নুংশি য়ায়াদু পাওদমলমলে।

তম্ফা - "চনু নিঙোলশিংনা অশুক য়ানা শিনশুরিবা অসিবু করি নুংগী শিনশুরিবা ওইরবনো ? চীংঙু কনাগী থৌইনশিনো, খংজনিংখরেদা। য়াহংলকপদা ঈপল-পম্থৌ অপোকপা, পলেম ইমা অপোকপী নোংমা কোরৌদসু খংহনবীদনা শিনশুরিঙৈদা য়াহং পাওহংবীরবনি। ঙরাংগী য়াংলেন পুংজদা তম্বা ওইবশিং খোংশানলত্তুনা হংজরখিনি তাকপীরমীদো।।"

লৈমা - ইমোমলোয় তম্ফা, করিগী পায়মা পুক্লীং ওমচাক্লা চেংলৌ শক্তম শকলোৎনা নুংনাংবদি নপল পম্থৌ অপোকপা লৈরিঙৈদা খোইয়ুম ময়াম লাক্কুনসু ইকায় ফিরুক খুমহনবা ওইথোক্তবনি। পলেম নপা অপোকপী লৈরি, নপন পম্থৌগা পুমমেন পাওমেম্নরগনি।

তম্ফা - অপোকপী ঈমা, হয়েং ঈনুং লৈনা ঙানলকপা মপুগী শিন্থাপুংদা শিনকায়রকপা ঈবুংখোয়সু তম্না খোঙহায়বীরকউ পাওদমজরগে। ঙসি কোরৌ নোংগীদি চনু-নিঙোল ঐখোয়সু পলেম-পম্থৌদা হংজহৌদবনা ফোংঙমদরে য়ায়াদো ।হয়েং ইনুং লৈনা

ঙাল্লগা পলেম-পান্থোগী য়াৱা তুংইন্না ৱাহনজরগে পাউদমজখি।

অসুন্না ঈবেম্মা তম্ফা, মমা ঈবেম্মা লৈমা অনিনা নিঙোল কাদা ৱাতান্নবদু নাপ্পা চিক্লা তানরিঙৈদা উয়ানথাবা লাইনিংথৌ মোং-হাদনা খোংদোয়রকলে।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - নাইতোম্ থোকপী থাজগুম, ইংনা চিক্লা ঙাল্লিবী ঈমোমলোয় তম্ফাগী নিঙোল কাজাওদা পলেম মমাগা চিবোন-চিবোন ৱাতান্নববু থাঙ্গা ৱাংঙু লমলানবা, উনশানুংগী তম্বা কনানা লাকচ খুদুম চন, পাবন-পীবননবা, তেমশিংনবা, শমা-পাঙ্গলবা কনাগী মতিক লৈদুনা ঈমোমবু তেমশিংনবরা ? পন্থোগী কাদা লোইরং-শিংখোং ওইনা লৈপ্লরবদি পুন্সি পীখমনগনি খংদবোই। লৈমা, ঈমোমলোইগী মাইথোং লকাসি মহৌশাগা মান্নদেদো, পারী ফুইদ্রবা, ঈমোম মথক্তসু শাৎতবী, মখাদসু পোমজদ্রবী থাঙ্গা ৱাংঙু লমলেনদা হায়-হুম্না শাৎচবী ঈমোমনিদো। করিনুংগী মাইথোং মকশনবা, উনবী পুক্লিংদা ওমচাকনবনো মপন-পন্থৌ লৈরিনা, ঈমোমগী য়াৱা তমু তাশি।

লৈমা - লাইনিংথৌ ঈবুংঙো য়াইফবা ননায়বু লোইবা লৈমাবা, ঙসি কোরৌ নোংজাদা নামোম লাংলেন ঈবেম্মা, পন্থোয়বী, লৈমা তরেৎনা শিনগুরিঙৈদা খোইয়ুমগা পাংখক্লবা তম্বা পাখং অনিনা

সনাগী হী অমমম, লুপাগী নৌরেন অমমম পায়রদুনা খোংহায়রক্লগা শিনক্তরিঙৈদা "করি নুংগী শিনশুরিবনো, চীংঙু কনাগী থৌইনশিন্নো খংজনিংখরেদা" ব্রাহংলকপদা মমোমলোইশিংনা অমত্তা পাওখুম পীঙমদ্রবদা ঈকায় নুংশি য়াম্লনা লৈনখি।

নমোমলোই তম্ফানা - "ঈবুংখোয় হয়েং কোরৌ নোংদসু তন্না খোঙহায়বীরকউ ঈবুংখোয়না অদুম্না ব্রাহং পাওহংলগনি খংজহৌদবনা পলেম - পম্বৌদা হংজহৌদরে, হংজরকখিগে তেমশিংনখরে। পুম্নমকসি ননাইবু লোইবা লৈমাবনা য়াথংবীগনি, নোংদমবীগীনদো য়াইফবা।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - ঈমোমলোয়, তম্ফা পায়শা লৌশিং চাউবীনি, ঈমোম্মা লাকচনা ব্রাগী-ব্রাহন, পাওগী-পাওখুম পীরমদবসিনা খোইয়ুম লাইগী মচাগুম নিংবা, লাইমক ওইরবসু মাইথিবা পীখ্রবনি। ঈমোমনি হায়বদা হেদোক্না পকচৈদা -।। ঈচাদি লাইগী মপোকনে, অমতা পোকচবী থাদোইনে। হয়েং কোরৌ নুমিৎতসু তম্বশিং অদু হল্লকখিগনি; খুনু মখোং শমলৌবা হায়বদুনি। ঈমোমগী লাংদা থুরবা, মিরাংদা পল্লবা-খোইমু খোইরাবা থাদোককে ঈমোমগী মনিং, মিরাংদা থুদুনা থন্নগা পুন্সি কেমহনগে মনিং ঈমোমগী পামজবদা থৌপাংসনু। ব্রাগী ব্রাহংদি করিসু নত্তেদা লৈমা।

লৈমা - তপথবীগনিদো, ননাইবু লোইবা লৈমাবা, তম্ফা অৱা হুইশোক লাংলেদো, তরা চাকলেন চিন্দমদরে, পায়মা পুক্লিং লৈতাদরে, করি নুংগী শিনশুরুবনো? হয়েং কোরৌ নোংদদি পলেম পম্থৌনা ৱাগী নাতৈ কাংদ্রবদি পুন্সিসে শিন্নায়পুংদা অমুক হন্না খোংহায়খরোই তেমশিংনখরে॥

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - লৈমা ঈমোমলোইগী ৱাশক কনমল্লি। ইবেম্মগী নিঙোল কাদা খোংহায়রক্লমদ্রবা কয়াদা তমথীরমগদবা॥

ঈমোমলোই চংখোনবী তম্ফা ৱাঙমলোয় পায়মা পুক্লিং চংনা তাও "হা ঈবুংঙো লাইজ ঈপাক অহাংবদা কোরৌ নুমিৎ খুদিংগী সনাগী হী তোংদুনা, লুপাগী নৌরেন পায়দুনা হৌল্লিবা হী অদুবু করি কৌবগে? খোইয়ুম কনাগী শঙ্গাইনুংদা থন্বীবগে? তাকপিয়ু চনু নিঙোল ঐঙোন্দা, পম্থৌ কনাগী মপারীনো? কোরৌ মীংলেননা করি-করি কোলোইনবীবগে? নাপা চিক্লা তাকপীরমো নিঙোল ওইবী ইকাদা॥ করিগী অদুক পায়মা পুক্লিং থেনবনো? নপন পম্থৌ লৈরিঙৈ ঈমোম ইচাবু লাকচ খুদুম চনবা য়াবরা ? নপন পম্থৌগী শিনায়পুংদা অৱা হুইশোক লাং, তরা চিন্দমদবগী চফম্নবনে লৱায় লুরেন মৈমুক শা, কন্বী থক্কী লৈমলৈগুম্না ওমচাক্লরকপা পলেম নমা নচা চিংন-পরৈ থাদোক্লুনা হরাও মথোই কাজরো॥

তম্ফা - অপোকপা, নমোমলোই তম্পাগী চীংন পরৈ কোকচরে, পাইমা লৌশিং চাওবা পন্থৌগী য়াব্রা তাজবদা থকতা থোকপা থাজবু লাম্বা ফংবগুম্মা নুংঙাইজে।। হয়েং ইনুংলৈনা ঙানবগা ইতা পন্থোইবী, লৈমা তরেৎমক হৱাও মথোই কা, পন্থৌ য়াব্রা নিংশিংনা চনু নিঙোল ঐখোয়বু তাংজ লুক্কা ব্রাহংলম্বদো ঈরাক্লহনগে শরিশো।।

মপন পন্থৌনা থাঙ্গা নিঙোল কাদগী খোংহায়খিবগা মমা মচা অনিনা তৌরাংথক্তা ফমলম্বদগী তরা-চাকলেন চিন্দমমিন্নবা পলেম মমা অপোকপীগী হৈনা তুংইন্না খোংহায়খরে।।

মদোম পোকচবী ইবেম্মা তম্ফাগী থাজগুম নিংথিজরবী মাইথোং, য়াব্রানা কোকিলগী শৈহকুম শুমহৎচবী অয়ুক্কী, নুমিৎ ওই, নুমিদাং থাজগুম নিংথিজবী, পলেম-পন্থৌগী থব্রাই ওইজবীনা পায়মা নুংদা চিংনা পরৈগী কিশিনা ঙমখৈ লৈতনা লাঙ্গোয় চনলম্বদো অব্রা কোঙ্গোই কোকচখরে।। পলেম মমানা হৌবা তরা চাকলেনদু পন্থৌ অপোকপগা পুন্না চিন্দমমিন্দুনা ইবেম্মা তম্ফা খোমলেন তুমখুন তানখরে।।

# অহুমশুবা তাঙ্কক

## (৩)

লমলেন - থাঙ্গা ব্রাংঙু লমলেন লমনুংশি চীংঙু লাইয়াম্না খুন্থোকফম উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী লমদমনি।

ব্রাংলেন পুংজা-য়োই ময়াই লাইরেন তাউদনবা নুমিৎস্না খোম্মাদোন অতোনবা চীংখে পানফবগী মশায়কোন দগী খোঙশালক্কুনা মঙাং পুংদা খিং-খিং খিংগারক্কুনা মপুগী য়াথং তুংইন্না লেপ্পা লৈতনা য়াইশা-শগোল তরেৎমক তুফাং পাবোৎ লোন্না মশেক-মঙালগা লোয়ননা লুব্রাং লমলেন পুংগী মশায়কোন্দা খোইমোম লাইরেম্বী ঈমাগী মতম্বাক্তা য়োই-ময়াই লাইরেন তাউদনবা লুনা হেন্না ঙানথোইরকপা মতমনি।

তম্ফা ইবেম্মা, পান্থোইবী, লৈমা তরেৎকমক মপুগী শিন্তা তুংইন্না শিনশুরম্মী। চনু নিঙোল ঙম্নমক চকপা ফুয়েনা কম্বী থেল্লোং, কম্বী ব্রাংখুম, চরৈ ফিশাদুনা মপন পন্থৌগী ময়াথংবু ঙাক্লা ঙসি কোরৌ নোংমগী শিনশুখরে। অদুম ওইনমক চনু নিঙোল তম্ফাদি মশাবীগী ব্রাখলদা পায়মা নুংদা ওমচাক্লা ব্রামৈগুম্না নুংনাংদুনা মরৈরে। চনু নিঙোলশিংনসু তম্ফা ব্রাঙমলোইগী মাইথোংদু মহৌশাগা ইমান মান্নদে, উহৈ-ব্রাহৈনা মমুন ফারগা ফুদোকলকপগুম মমি অমদি লোনজা-লোনথুপনা তারীবদু মতা ইবেম্মা পান্থোয়বীনদি ঙসাই শিন্নাইপুংদা স্না য়াংবীথক্তা খোংদোয়রকপদা উখ্রবনি।

তাঞ্জা ঙায়দুনা খাংলকপনা মপন পন্থৌগী শিন্নায়পুং য়ৌরবা ফাওবদা মাইথোং লকাদু ইওন ওনদবদুদা তম্ফা ইবেম্মদা মিৎচি কারন লাক্লা ফলপ-ফলপ য়েংলদুনা কায়হৌরকই।

পান্থোয়বী - ইতা ঈবেম্মা তম্ফা, হৈরাংনা হৈমুন ফারগা লোৎপা য়াদবগুম, লৈরাংনা লৈশাৎ তন্নগা লৈনমনা লৈকায় পনলানবগুম খোইমু খোইরা খ্বাংজেংবগী মকুম মথা শুরদুনা ঙংলবদুদা ইতাদি ঈপৎতা পৎথরে। অপাম নুংশিগী অৱা-হুইশোক লাংলিবদো নতারোই ঐখোয়সু নুংশি পোৎলুম পুজগে হায়ববু ...।। হায়নখিবা ৱাংলেন পুংজাদু য়ৌশিল্লকলবসিদা।। পাখৎ চাওবী, ইপায় চাওবী মপোকনিনা থম্মোয় নিংদোল চোংলরিনি।

তম্ফা- মকুম-মথা য়ৌরক্লবদি ইঙা কুমখায়রকই, ঈঙেন কুমদমলকই, থা তরুক ঈথাবা, থা ভরুক উনশুংবা নতা তম্ফা ঐনা হৌদোকপা নত্তেদো, অপোকপা চীংঙু লাইগী মতিকনে। ইতা পান্থোইবীনা তম্ফা ঐগী মপোকসি ওইরন্নবা খংলমগদবনি ।।

পন্থোয়বী - খোয়য়ুম লাইরেম্বী ঈমাগী থৌইনশিন, থিংঙমদেদা ..., কেদা কেজবী, নৌদা নৌজবী, তম্ফা ৱাঙমলোয় থৌদু য়ুমলেপ তম, নশাবী মাগী নাপ্পদা শিংঙেল লৈচন ওইখিদুনা মদোম লৈমনচন, মাঞ্জা কাদা লৈখোক লোইরনিদো।।

তম্ফা - ইতা ঈবেম্মা মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী খুৎশেমশিংসে য়েংলু-য়েংলুবা মাইকৈদা মিৎফম হোংবা য়াদেদো।। ঙসি ঙরাংখক্তা অপাম নুংশি মৈৱাইরকপদা অসি য়ৌনা ঈরাক্লবসিনদি ইতা, লোইদাম থাবুম কয়া ঈশাবীগী মকাদা য়ৌদ্রিঙৈদা লেনগদবসি থাজ মানা মশাবী নোংইন ঙায়জবগুম থোক্লরনিদো।।

পান্থোয়বী - খাংবা কনজবী লৈপাকলৈ, কালেনগী লৈতিংগায় মথক্তা পোমশাৎননা লৈশাৎ তম্লকপা, ফুগায়না শাৎচবী থোৎলবী লৈকাদা ইঙাগী নোংলিকনা খিকলকবদা লৈকা চোয়না খাংজবী লৈরাংগী মপোকতো ইতা তম্ফানা শিনবীবা তারেদনা।

তম্ফা - ইতাগী উনবী পুক্লিংবু শুমহৎপা ৱাহৈ কয়াদি চরৈ - ফি ফেনবগুম ৱাপাংলকউকো মাঙ্গা কাদা পাওদমজবদা, ইতাখোয়না।।

পান্থোয়বী - ইতারোয় ঙম্নমক, ইতা তম্ফানা তরেৎ তরাথোক্না ৱাগী নাতৈ কাংলকপা অরান-অহুই য়াওরবসু ঐখোয় লৈরি।

অসুম্না হায়নরিঙৈদা খোংহায়রক্তুনা লাইনিংথৌ চায়রেনলাকপা, চীংনিংথৌ অনিমক মায়থোং মকা লাম, মোমোন মীনোক তম উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী থাঙ্গা নিঙোল শিন্নায়পুংদা লেপ্লরে চুমথাংনা খানবগুম, কোরৌ থক্তা ঙানবগুম অৱাৎপা লৈতনা।।

তম্ফা- তৌরাংথক্তা অৱা-হুইশোক লাংবীদুনা চনু নিঙোলশিংনা ঈপল পম্থৌগী শিন্নায়পুংদা শাজরীবা ঙম্ন মক স্না মিৎয়েং তাবিদুনা ঙাইহাক পুংগোয় পোৎথাবিগনিদো।

লাইনিংথৌ চায়রেনলাকপা, চীংনিংথৌ চনু নিংঙোলশিংনা থাবা তৌরাংথক্তা ফম, শিন্নায়পুংগী চফু উয়ান, কম্বী থোল্লোং চরৈ-ফিবু য়েংদুনা খোইদারম্মী। চনু নিঙোলশিংনসু মথৌ মঙম পুন্নমক পম্থবা তৌদনা শিনশুরী॥

লাইনিংথৌ - (য়াম্না চিংলেম্না মশাবী ঈঙায় মকাদা পায়মা নুংগী খোইথুম্নরবা ৱাহৈনা লৈখোক লোইরবা লৈরাং কয়ানা লৈমায়দা চায়থরকপগুম্না পাওদমজরকই)।

"শাবী ইবেম্মা নুংশিবী, অপাম-নুংশি নকাদা তেমশিংনা, চনু নিঙোলগী পায়মা পুক্লিংসু খংজদ্রি। উনশা পাখং ওইবনা ঙরাং কোরৌ নুমিৎতা ইশাবী কাদা ৱাহংজখিবা চনু নিঙোল কাদা পাথৌ লাইনিংথৌনা য়াৱা পামেনজখিবনি। ৱাগী নাতৈ কাংবীরো, চার-পোরোন শৎপীরো, থৌদু য়ুমলেপ তমজদ্রি, থাঙ্গা লৈকায় পনলান্না লমথোরকপনি, চিংনা পরৈ থুপচান্নবীগনু॥"

তম্ফা- চনু নিঙোল কাদা ৱাগী নাতৈ কাং, চোন্নাং শম্বুন পুনবগুম ৱাহং পাওহংবীদুনা অপাম নুংশি লময়ৌনা শিন্নায়পুংদা লাঙ্গোয় চনবীরম্বদু ঈকায়-ইকি

পনলাম্না ঈপন-পন্থৌ অপোকপা, পলেম ঈমা অপোকপীদা হংজরে শাবী ঈঙায় মচাও।

চনু নিঙোল ওইদবনা ঙরাং নোংগী ব্রাহংগী পাওখুম পিজদ্রিঙৈগী নিঙোল কাদা লৌথুপ-লৌকোয় লৈতনা লাইনিংথৌ চায়রেন লাকপা, চীংনিংথৌদা চনু নিঙোল ঐনা ব্রাহংজরীবা ব্রাপুশি অসি মরিক চুম্না পাওখুমবিরম্মুকো। ব্রাহংগী পাউখুম চনু নিঙোল ঐখোয়না তাজরগা তন্না অমুক পাওখুম পীজগে।।

"চীংঙু অনিমক পলেম-পন্থৌ কনাগী মপারীনো ? লাইনিংথৌ অনিনা সনাগী হী তোংদুনা, লুপাগী নৌরেন পায়রগা লাইজ-ঈপাক অহাংবদা কোরৌ নোংমা-নোংমগী হোৎনরিবসিবু চীংঙু কনাগী থৌইনশিন্নো ? মপু কনাগী য়াথংনো ? হীনুংদা পুরিবা পোৎ চৈদুনা তায়ুম, খোইয়ুম কনাগীদমক্তনো? য়াব্রা ফিগৈ শেংবীরমউ চনু নিঙোল ঐখোয়দা।।"

লাইনিংথৌ চায়রেল্লকপা, চীংনিংথৌ পাথৌ অনিমক চনু নিঙোলশিংগী মমাংদা ইকায়-নুংশি য়ান্ননা মাইথোং লকাশিং মালেম লৈদা লুক, থৌদু নুংগুম্না পাংখক্লখরে উন ব্রাইমুক চিক্লবা মিকুপ নাহুম অদুমক্তদা লাইনিংথৌনা তম্ফা ব্রাঙুলোইগী য়াব্রাদু তারুবদগী মাইথিরে খন্না ব্রাহৌরকই।

লাইনিংথৌ - "অহান-অকোন নাইনসি, চনু নিঙোলনা পলেম-পন্থৌগ য়াব্রা কোলোইনরকপা চীংঙু মপাও অমত্তা চিৎথদনা তম্বীয়ুগবা। চনু নিঙোলশিংনা

শারিবা চকফু কেগাম, চরৈ ফিসিবু কৈদৌনুংগীনো লাংতক্লনা খংজনিংখরেদা।।”

চীংনিংথৌ - থাঙ্গা লৈকায় লমলাননা চনু নিঙোলখোয়গী নকাদা ঙসি কোরৌ নিনিচুপনা পাওহংজরকপবু উনবী পুক্লিং মরা তাহনবীদনা হলৱাইরগদ্রানে ইবেম্মা শিনগুরীবী চনু নিঙোলসিং।

পাম্হোয়বী - পাম্হোয়বী ইবেম্মা লাংওন য়াম্বীনা পায়মা পুক্লিংদা তিল্লাং য়োৎনা খন্থরগা ৱাহৌরকই।

চনু নিঙোল ঐখোয়বু ৱারৌ পুরৌবীগনু। ইতা তম্ফানা কাংজরিবা য়াৱাসে ঈপল-পম্হৌনা ৱাগী ৱাপু খংননবা চনু নিঙোলশিংগী শিন্নায়পুংদা থাঙ্গা লৈকায় পল্লান্না ৱাংঙু লমলেন পাংনা খোংদোয়রক্কুনা অপাম-নুংশি খুম্হোক্লবা লমহৌরকপদু খংনিংখরেদা লাইনিংথৌ।

শানৌ নহা পাখংনা চনু নিঙোল লৈশাদা উনবী থম্মোয় তেংনা অপাম নুংশি লমহৌদ্রবসু মাঙ্গা ওইবা কাদা নিঙোল ফিগৈশেংনা হায়জগে।

“চনু নিঙোল ঐখোয়না ঈপন-পম্হৌগী শিন্নায়পুংদা শিনগুরিবসে চীংঙুনা শেৎনা ইন্নবা চরৈ ফিনে, চফু চনায়নি। লাইনিংথৌ উয়ানথাবগী য়াথং মতুংইন্না হয়েং তাইবং পানবদা চফু - উয়ান হায়না খঙননবা ঈচাক - ঈরন কৌনবা, লোইমোম মহে মরোংবু থোংনবা তাইবংনা চান্ননবা খোইয়ুম মপুগী থৌদাগীদমক শিনগুজবনি ঈবুংখোয়।।”

লাইনিংথৌ - থৌরম শিন্থা খংজদবা মপোক ওইরুবনা ফজথোইরবা পোৎলম কয়াবু মপাল নাইদনা পামজরুবা তিলাং য়োৎনা খোইদাজারুবা পাথৌ ইবানিসু শিনপানজরমগে হাইববু...।

তম্ফা - লাইনিংথৌ, চীংনিংথৌনা চনু-নিঙোল ঐখোয়গী শিন্নায়পুংদা শিনপাংবীগে য়াথংবীরকপা লাইবক ফবনি। লুরিবদি চনু নিঙোলশিংদগী শিন্নায়পুং ওইবনা ইপন-পন্থৌগী ময়াথং য়াওদনদি করম্মা হোয়াগনি। হয়েং কোরৌ নোংদা তরা চাকলেন চিনদমবিরগা থাঙ্গা লৈকায় খুলাননবু লমথোকলুসে হায়ববু ...।

লাইনিংথৌ - ইবেম্মা তম্ফাগী চেংলৌ শক্তমবু খোইদাজরুবা মিৎকুপ্তা পায়মা নুংদা অপাম নুংশি নঙ্গোয় চন, য়াইবী-থব্রায়সে পোন্থা ওই, খরাইথক্তা লৈরোং লৈহাপ তম্না ইবেম্মগী থম্মোয় লাইয়ুমদা কৎচখ্রবনি। ইবেম্মানা খোংহায়বীবা খুদিংদা লোইনবা লাইগুম্না ইঞ্জরগে।

তম্ফা- লাইনিংথৌ ইবুংঙো চনু নিঙোল তম্ফাগী থম্মোয় লাইয়ুমদা তারীবা চেংলৌ শক্তমসে কুমজা কয়া নোংদমনখ্রবসু খাম্বী মৈনা মৈরাইখ্রবসু লাইজ ঈশিংনা চামদুনসু কোকলরোয়। অরেপ্পা পুক্লিং য়াব্রাবু খংজদ্রিঙৈনা তেমশিংজরুবা নিঙোলগী লাইবক ওইজগে।

লাইনিংথৌ - চীংঙু নোংদম্বনা ব্রাইথুংনৌ তম্বীরমদ্রবসু ইবেম্মা তম্ফাবু পাখং ঐগী ইকায়দা ইমং ওইসি হায়ববু শাবী ইঙায় মচাগী উনবীনুংদা মঙলানগুম তাইওনরগদ্রা?

তম্ফা - ঈশাবী ইঙায় মচাও, চনু নিঙোল ওইবী ঐহাক্তী সরি-নামুং ব্রাখৈজরোই, ইমঙ অনি শুজরোই, নিঙোল তম্ফা ঐগীদমক্তা মপুনা নোংদমবীদ্রি।

লাইনিংথৌ - ইপন-পম্ভৌ য়াব্রা ঙায়বীদুনা পাখংবু লোইদাম থাজ কয়া নোংলেনখো হায়বগে। পায়মা নুংগী অরেপ্পা য়াব্রানা নোংদম্বীরবদি য়েনিংথাগী তলা-পামেনগুম্না ইনৌদা নৌজগনিদা।

তম্ফা - তম্বা ওইবা হৌনশা, পায়মা নুংদনা ব্রারক্কী তয়ানগুম, চিম্বানদনা লাংবনগী খোইহী, ফুইনা হৌরকপা ফাইরেনগী পারবা নোংজুদা চুমথাংনা খনবগুম তারোইদ্রা ?

চনু নিঙোলগীদি থাংজিনলুরবা খোংথাংনি, চেন্থখ্রবা ঈচেলনি পলেম-পম্ভৌগী শরি নামুংনখিবা ·মাঞ্জা কানাদা নিঙোল পুন্সি লেনলু তেমশিংনখিবা লৈজদ্রি ...।।

লাইনিংথৌ - নাইতোম শাৎচবী তম্ফা, থাঙ্গা ব্রাংঙু উনশাদা চনু নিঙোলগী য়াইবী থব্রায় ওইজবা নথংলেন পাথৌ কনাগা সরি নামুংনখ্রবগে ? পায়বা নুংদা কিশি

কি, ৱাহৈ খুদিং থুপচান্নবগুম, নিঙোলগী ফিগৈ শেংবীয়ু লোইবী চীংজাওগুম, উগী উরৈপকুম লেপচরবনি ইবেম্মা।

তম্ফা- চনু নিঙোল তম্ফা ঐদি, চরৈ ফিগুম ফিথুপ নাইজদে, তাংজ-লিনগুম থেক্লা কোয়না পস্থুংবু তাঞ্জদে। নিঙোলবু কুবীবা খোইয়ুম মাবু ঙাইজবনি, লোইদাম থাজ খরদং ঙায়ঙম্বীদবা তৌবীগনু ইবুংঙো।

চীংনিংথৌ - ইবেম্মনা কুবীরবনিনা, পাথৌ ইবুংঙো লাইনিংথৌ চায়রেনলাকপনা ইবেম্মা তম্ফা ৱাঙমলোইবু হৈরাং লৈরাংগুমনা নাপ্পদা চিনবা য়াদবনিনা নোঙ্গোবী কৌবী চেক্লনা কোয়াং ৱাশাগী ফৈরাথক্তা কুমগী নোং ঙাইবগুম্না লেনজবা তারেদো।

মপন পন্থৌগী শিন্নাইপুংদা শিনগুনা লৈমা তরেৎমক ইবেম্মা তম্ফা নংনা মোমোন-মোমোন চিম্বাল লকাদি কাঙদনা নোকমিন্না অৱাই অখুম তাবা য়াবা তারম্বদগী ৱাগী ৱারোই, ফিগী তেমগা থোংবদা ফিরোয়-ফিকোক খংনা শিনগুবী মতা পান্থোয়বীনা ৱাগী ফিরোই থারক্লে।

পান্থোয়বী - লাইনিংথৌ ইবুংঙো হৈরাং-লৈরাং ওইরবসু পলেম-পন্থৌগী শায়গোলনুংদা ইনিং তৌনা লৈশাৎ তমজরবসু খোইয়ুম-তয়ুমগী ৱায়েল খাদা লৈবনা ইপন-পন্থৌ উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী য়াথংতদি লৌজরগা থাঙ্গা ৱাংঙু নিঙোলগী ফিগৈ শেংহনজগে

ৱারৌ পুরৌবীগনুকো ইবুংখোয়।

লাইনিংথৌ - নিঙোল তম্ফানবু হোয়াবিরবদি খোইয়ুম-তয়ুম ওইরবসু শয়েং-পাম্বোম ঙানজগে, ঈশিংদা, পনথিংদা, মুক্রুদা, কাংজৈদা য়েন্দমনজগে। ইবেম্মনবু হোয়াবীরবদি শমায় লৈজরোই। ঙসি কোরৌ নোংগীদি ইরানয়াইদা হৱায়রগে তম্ফা ইবেম্মা লৈমা তরেৎমক শিংনাইপুংদা শিনশুবীহৌরো, ঙাইহাক কোঙ্গোয় ......।

অসুমনা লাইনিংথৌ চায়রেনলাকপা, চীংনিংথৌ অনিমক চনু নিঙোল শিংনাইপুংদগী খোংকাপ ইহুন তম, সনাগী হীদা, লুপাগী নৌরেন পায়দুনা খোংশানখরে।

চনু নিঙোলশিংসু তারমদায় কোরৌনা মৈৱায়রকপদা মুৎলমদায় মৈরিনা ঙানবগুম হনবালৈতনা শিনশুরি। ইবেম্মা তম্ফাবু লৈমা তরেৎনা ওনশিন-ওনশিন লক্করি। লৈমা তরেৎকী মনুংদগী অমনা ‘চনু নিঙোল তম্ফা ঐদি, চরৈ ফিগুম ফিথুম নাইজদে, তাংজ লিনগুম থেক্লা কোয়না পম্ভুংবু তানজদে। নিঙোলবু কুবীবা খোইয়ুম মাবু ঙায়জবনি। কয়াদা থুম-থোইরবা মৱাহৈনো; মসিদবু ঙাওরোয়দবা লৈবরা?

ইংনা চিক্লা থোকপী থাজ ও। তাংলৌ লৈনা থেংলকপা মশাবী নোংইন চেক্লা থাগী থাহি চুপ্লগে মতাগুম নাপ্পা চিক্লা পুমেন-পাওমেন্নরক্লবদা থাজ মাসু কঙাওনরকই। ইতা ইবেম্মা, তম্ফাসু নতারোয় ঐখোয় লৈরমদ্রবদি মাঞ্জা

কাদা লৈমন চন, থাজ মাসু নোংইনগী মথানুংদা ঙানজখিবনি। চনু নিঙোলশিংদু তম্ফাবু মিৎচিনা ফল্লপ-ফল্লপ য়েং, তবারবা চিম্বালদা হরাও মিৎনোক তম অব্রা নুংঙায় ফোংদোক্লরম্মী।

অসুমনা য়োইময়াই লাইরেন তাউদমবসু মপু শিন্থা লোইরদুনা খুমন পুংদগী শিনকুমখিদৌরে। তম্ফা ব্রাঙমলোয়, পান্থোয়বী মতা তরেৎমক শিন্নায়পুংদগী খোঙহায়রক্কুনা মপন-পন্থৌগী স্না-সঙ্গায় তমনা শিনকুমখরে। স্না অহিংবগী মচুগুম্না তরমদায় কোরৌগী মঙালনা ফুদোরকপা, পোমম্বী-চেক্লা কয়ানা মহুম লাংদা পায়শিনখরে। কোরৌসু খুমন পুংগী সঙ্গায়নুংদা য়ুমচংখরে। ঙৌরবা উরোক্কী পারেংনা অঙৌবা ফিরাংজী ফৌবগুম্না পায়রিবা ...। সংবান্নবা অতিয়াদা নোংজবী মপৈ-মপৈনা স্নাগী ইথক হৌবগুম্না পায়রী। মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীগী খুৎশেমদু খংহৌদনা অমম্বদা তিনখরে। লেংলি পানলিবা ঙম্নমক খোইমোম লাইরেম্বী ইমাগী মতমপাক্তা মোং-হাদনা পোথাখরে।

## মরিশুবা তাঙ্কক

## (৪)

লমলেন - উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী মোংবা মরানয়াই স্না সঙ্গায়দনি।

ব্রাংলেন পুংজা, য়োইামম়াই লাইরেন তাউদনবা নুমিৎ স্না খোমমদোন অতোনবসু খুমন মরানয়াইদা কুমখরে। খোইমোম লাইরেম্বী মতম পুবী ইমানা মমোমলোয় মবুং তরেৎকী থাবাদোনসু মকুম মথা শুরদুনা চীঙু অপোকপা পন্থৌ মাগী মশায়কোন স্না সঙ্গায়দগী খোংকাপ ঈহুন তমখিদরে, থাশু নুমিৎনি। মপান নাইদ্রবা তরং নোংমদোনথক্তা মাইকৈ থুংনা মুরবা কুমগী নোংনা শন্দোকখরে। নোংজুগী শৈশকনা নিলখরে, নোংথাংগী জগোয়না অমম্ববু নোক্লরদুনা কাইহৌরিবা নুমিদাংগী ব্রাংলেনদনি।

লাইনিংথৌ উয়ানথাবা, চনু নিঙোল তস্ফাগা পলেম মমা অপোকপী লৈমগা ফমমেলগী কাজাও কাদা মৈরা ঙান্না থান্দুনা ব্রাতানরি।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - লৈমা, নাপ্পা চিক্লা পাইমা পুক্লিং চংনা তারিবরা? পাথৌ ইবুংঙো অমং য়াইথোং কুম, নোঙ্গা লম্বী তানখ্রবগী মপারি খাবা এলাংবনা হন্দক মঙকৎ থিলকলিবসে ইশানৌ লৈমগী

পাইমা পুক্লিংনা করি খনলিবগে ?

লৈমা - ননাইবু লোইবা লাইনিংথৌ ইমোমলোই তম্ফাসে অয়ুক্কী কোরৌ, নুমিদাংগীনা থাজগুম য়েংজরিবনি। ইমোমবু থাজ-য়োঞ্জবগী মতাংদা স্না ব্রাখলনা নোংদমবীরগা মপু থৌদা পাংথোকপীবদা হোয়াজগনি।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - চনু নিঙোল মপোক্তা পোক্লবী, নং-ঐগী ঈমোমনি হায়দুনসু মপন পন্থৌগী শঙ্গায়দা মমঙ ওইয়ু য়ারোইদবনিনা থাঙ্গা লৈকাই পল্লান্না খাবা এলাংবদা শরি ব্রাশক ঙাক্লা থাজবা, মরান য়ুমদমহনবা তারবনি।

লৈমা - লাইনিংথৌ, ননায়নুবীনা হঙ্গৎচবদি ইতিক ওইজদ্রবা, খাবা এলাংবনা হন্দক মঙকৎ থিলক্লবসু ইমোম লাংলেন তম্ফা ব্রাঙমলোইগী চিঙ্গোয় মপাও তাজরগা থাজসি খনজরি। ইবেম্মা তম্ফাগীসু শরি-পন্দোম লোমনজবা মশাবী লৈজরমলগদি ...।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ- লৈমা, নমোম লাংলেন তম্ফাগী পাইমা নুংদা য়াইবী থব্রায় ওইনা লাৎচবা মাঞ্জা কনাগী মফমদা শরি ব্রাশকনা পলেপখিবা লৈখ্রবরা?

লৈমা - ইমোম লাংলেন চরৈহন শকহেনবী, য়াব্রা খোঞ্জেলনা কোকিলবু ঙমজবী, খোঙকাপ ইহুন তন্নে, তেনৌব্রা কৌবী চেক্লানা মালেম লৈদা চৎকুম্বী, মেরা

থাগী থাবুং থানিলগুম্না চেংলৌনা শকফোংবী নমোমনে। থাঙ্গা লৈকায় লান্না খোংশানদে, তয়ুম কনাগসু লময়ৌনদ্রি লাইনিংথৌ।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - লৈমা, ইম্থোক্নসু কাওজিন থীদা, তরেৎ-তরা থোক্লা তিল্লাং য়োৎনা য়াব্রা কাংঙুদা। কোরৌ নোংজা অমদা চনু নিঙোলশিংগী শিন্নায়পুংদা থাঙ্গা লৈকাই কোইনা ইমোম তম্ফাবু তেমশিন্নবদু কাওরবরা হে।

লৈমা - লৈরাং লৈশাৎ তমলবদি খোইমু-খোইরা ইল্লবা হৌনশানি, লমলেন তাম্বদগী খোংদোয়রকপা খোইমুগী চিরোন লৌনম লাংথাকপা নমোম তম্ফানা হেন্না খঙখ্রবনি।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - লৈমা, নমোম লাংলেন তম্ফাসে ঙরাংগী নব্রা ওইরবোই, মিৎস্না লকা অনিদদি উরিদো। কোরৌ নোংমা-নোংমা চাওদম শারেপ ফারক্লে, ফজথোইবী লাইরেম্বীগুমনা চংখোনল্লিদো। ইমোমগী লমন তোনদনবা পোকচমল মহৈ য়ান্নাবা খরাই থক্তা লৈহাপগুম্না মরান য়ুমদমহলসে, লৈরোং লাইদা কৎচবগুম্না পুন্সি লৈপুল শেমলসিদনা।

লৈমা - লাইনিংথৌ, খাবা এলাংবসিবু পম্থৌ কনানা পোকপনো? ব্রাখল থেনবী ননায়নুবীদা লাংলা-

লংজিন কাংবীগনিদো।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - অমঙ-য়াইথোং কুমখ্রবা নোঙ্গা লম্বী তানখ্রবা পাথৌ পারী মদোম ঙানজবনি পাথৌ ইবুংঙোনা লৈচিল পোমাই হাঙ, পারি খাবা এলাংবগী খন, মতাও ঐবুনা তাথি তাওইনা য়েংদুনা লৈরমলগনি, খংদবরহে। শরি ব্রাশক্লা নামুংনসি তেমশিন্না পারী ইমোম ব্রাইথুংনহনসি হায়নখিদো।

খাবা এলাংবা মরিন ফৈ; হায়নখিবা য়াব্রা হোংবা লৈতে, খাবা এলাংববু খোইয়ুমশিংনা কিনরিবা শিংথানরিবসে তম্ফা থৌন ফবগী লিচৎনি, হিংচা-য়াইতম্বগী পুন্সিদি নত্তেদো। ইমোম তম্ফাবু উবদা তেরগদবা ইমোম লাংলেনবু ফংজবদা থাজা মাবু লাম্বা ফংবগুম্না য়াইশা শামু মচুম তাববু শাথৌবনা শিজিন্ননিংবা মাইকৈদা থৌবগুম্না মরান য়ুমদম্বদগীদি পুমতে-তেরগদবনি।

লৈমা - লাইনিংথৌনা খাবা এলাংবগী মঙকৎ লৌবীবদা ননায় নুবীনা য়াজদবা লৈজদে; ইশাবীগী ব্রাশক ঙাকচবদা ননায় নুবীনা পাম্বোম তিংজবদি পোকচমন মহে য়ানজবনি। ব্রাশক ঙাকচবদা হোয়াজরবনি।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - লৈমা, নমোম লাংলেন নমা-নচাগী পায়মা পুক্লিংসু অমত্তনি খন্না খাবা এলাংবগী মঙকৎ কৎলবদা হোয়াখরে। ঙসি কোরৌ

নোংদগী লোইদাম থাবুম তরেৎ শুবদা হৈজিং খরাই পুরক্কুনা অপোকপা লাইদা কৎলনিদো লৈমা।

লৈমা - লাইনিংথৌ, নমোম তম্ফাবু পুমেন পাওমেন্নবা ওইনা হৌখ্রবা মাংলমচৎকী সরি ব্রাশক্কু নাপ্পা চিক্লা তাহলগা অচুম্বা লাইগী ব্রায়েন্দু খংহনবীবনা য়াইফগনিদা।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - লৈমা, মদুমক্কি ঐগী পায়মানুংদা মৈব্রায়রকলিবা, ইমোম লাংলেন তম্ফাবু করিগী নমথেক নমজান্নগনি। মপাগী মচা, উগী উহৈ হায়নরিবনি। মপন পন্থৌ ঐগী সরি ব্রাশকপু নাথৈনবা হৌনদে ...। নমোম লাংলেনগা তুংথা মাংথা খোংহায়মিনরক্কুনা ইমোমগী য়াব্রাসু তাসিদনা।

তম্ফা হরাও মোমোন মিনোক তম, পলেম মমাগা তুংথা-মাংদা পায়মা পুক্লিং মকা লামনা মপন পন্থৌগী নাক্তা খোংহায়রকলগা ওইনজরম্মী।

তম্ফা- পন্থৌ অপোকপা, নমোম তম্ফাবু কোলোইনবিবু মপু শিন্থা অহকপা তরা-কোঙ্গায় লৈরবসু নমোম্না ফিগাও শানা য়াজগে। পুন্সি নোংদম-নোংখায়বীরীবা পলেম ইমাবু লোইবা লাইনিংথৌ পলেম ইমাগা য়াব্রা ব্রাতাম্নবদা লাংলা-লংজিন ফংঙমদ্রবসু লাইনিংথৌ নমোমসু য়াওরগদবনিনা ব্রাতাম্নবদা লংলা-লংজিন মাংখিবা তরেৎ-তরা

থোক্না খন্নবদা য়াওখ্রবসু পুথোকচগে।

পারী ফুইদে খোইয়ুম তয়ুম কনানা লাকচা খুদুম চন, পন্থৌগী মঙম পা ঙমদবা চনু নিঙোল ওইবী তম্ফানা লুরেলথক্তা পুঙমদবা ওইরবসু পন্থৌ মন্থৎ শিন্না পুজগেনে অপোকপা।

মিৎস্না লকা অনিদা পীগী লাইজা ইরু হৌনা মমোম লাংলেনগী মৱা হে তাবদা শাম্বা পাঙ্গল কনখৎলকই কুমগী নোংনা ফুইনা চুরবদা ইপাক ইরৈল অথোইবা লাইজ চোন্না চেল্লবদা তুরেলগুম্না উয়ানথাবা মহৌশাগুম ঙসি কোরৌ নুংদদি তুজুংবা লৈখিদরে )।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - ইমোম লাংলেন ইবেম্মা, নপল পন্থৌ ঐনা ইমোম লাংলেনগী কাদা য়াৱা পুম্নমক হায়ঙমদরে। পলেম নমাগী য়াৱা মরিক চুম্না তারগা নপন পন্থৌগী সরি ব্রাশকসি ঙাকউকো ।

লৈমা - ইমোম লাংলেন তম্ফা নংবু পোকপা অপোকপা খোইয়ুম লাইগা পাংখক ওইরবা পলেম নমাবু লোইবা লৈমাবা নপল পন্থৌনা থাঙ্গা লৈকায় পল্লান্না থৌদু য়ুমলেপ তম্মবা সরি ব্রাশক পন্দোম লোমখরে। খাবা এলাংবা মকাদগী মঙকৎ কৎলবদা য়োইয়াখরে ইমোম ইবেম্মা ।

তম্ফা- পলেম অপোকপী, পন্থৌ-ইপাগী শরি-ব্রাশক নামুংবা করি অমুক লৈরিবগে ? কুমজা কয়া থুপচান্না

ব্রাগী নাতে কাংবীদা, হংলাক-হংজিন য়াথংবীবসিবু করি মতৌনো অপোকপা।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - পন্থৌ নপাগী য়েৎকী পান্বোম ওই, ওইগী পান্বোমসু ইমোমলোইনী ইপাগী লাংলেন তম্ফা নথক্তসু লৈশাৎ তমজদ্রবী, নখাদসু পোকজদ্রবী অমতা পোকচবী থাদোয় ইমোমবু খাবা এলাংবদা থাজখ্রবনি পন্থৌ নপাগা শরি পন্দোম লোমনখ্ররে, তৌওৎ চাম্মা, তমং চাম্মানা খুজিং ওইদুনা হৈরম-লৈরমশুনা খরায়থক্তা লৈরোং লৈহাপ তমদুনা হৈজিং-খরাইবু পুদুনা ইপা-ইপু পোকপা অপোকপা পোকলেন পোকপা, শাৎলেন শাৎপা লাইদা থৌনিজরগনি। ঙসিদগী লোইদাম থাজা থাবুম তরেৎ শুবদা ইপাগী সরি ব্রাশক ঙাকলগনি ইমোলোই তম্ফা।

তম্ফা- পন্থৌ অপোকপা, সরি ব্রাশক ঙাকচদুনা নমোমগী পুন্সি লোমজগে। মাংলমচৎকী হৌখিবা ব্রারী শিংবুন পরীং শিৎনা তাজরগা নমোম পোকচমন মহৈ য়ানজগে, পাগী পারেপ, পুগী পুরেপ তাঞ্জগে অপোকপনা থৌজানবীসনু নমোমবু করি য়াব্রাগী করম্বা সরি ব্রাশক্না নমোমবু খাবা এলাংবদা থাজরীবনো পন্থৌ অপোকপা ?

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ খুদাং পীফম তৈ। মমোম তম্ফা ব্রাঙমলোইগী য়াব্রা মপাও তাবদা পায়মা পুক্নিং নুংওন্না

মশাবী লৈমবু অমুক য়েং, মমোম তম্ফাবু অমুক য়েং মিৎলুদগী শিন্থরকপা পীগী ইরিক্না মালেম লৈমায়দা ওইনজখিবা; করি নুংগী ইমোমদা ৱাগী নাতে কাংলুবা পন্থৌ মপানী হায়দুনা হাওরীংজেন-নাইরিংজেল, ৱাগী ৱাখাক থমদনা কাইহৌরুরিবা, ঐগী থম্মোয় লাইয়ুমদা পুক্লিংগী খাম্বী মৈহৌরে থম্মোয় লাইয়ুম ইপাক্তা কুমগী নোংহৌনা ফুদ্রিৎফুনা চুথরক্লবদা মনাইনুবী লৈমা মমোমলোই তম্ফাসু মিৎলু পীরাং ইহৌনা মালেম লৈদা লুকখরে।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ তালোয় তুরেপ তম্বা কুমজা কয়া হৌখরে। পারী-ইমোম ফুইদ্রবদা পাথৌ ইতাও ইবুংঙোগা সরি ৱাশকনদুনা চীঙু অপোকপা লাইদা ৱাশক পরৈ থমদুনা পারী-ইমোম নিজদুনা তুংলমচৎকী লিপুন তত্তনবা ৱারেপনদুনা সরি পন্দোম লোমনখিবদু লিখরে।

মঙাং ৱাংলেন পুংজাদনি। লমলেন লমদম লমনুংশি ৱাংবল পাজুম্বা উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী মোংবা মরাইয়াই স্না সঙ্গায়নি। খাবা এলাংবগী মপল পন্থৌ অপোকপা পান্থৌসু খোহায়রক্তুনা উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী কাজাও ফমমেলদা ফমমিন্নদুনা ৱারী শিংবুন লিদুনা ৱাতান্নরি।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - কোরৌ য়েন্দা অঙনবদগী পাথৌ লাইনিংথৌনা খোংহায়রকপবু করী করম্বা পায়মা নুংগী থৌরম-থৌদা অহকপা লৈবিবগে পাথৌ ?

পাথৌ - পাথৌ ইবুংঙো উয়ানথাবা, ইচল লৈমগা তরক-তরক খুনু খোংবগুম্না চিক্না লৈরিবসিবু পাইমা পুক্লিংনা নুংনাংদ্রিবরা ?

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - পাথৌ ইবুংঙো অপোকপা মপু মাগী খুৎশেমবু কনানা থিংঙমগনি। পাথৌ ইবানিগী য়ুম্বানবগী লাইবকনা পারী-ইমোম ফুইদবসি করিগী নুংনাঙদনি পাথৌ।

পাথৌ - পাথৌ, শামা পাঙ্গলনা ফরিঙৈ, তুংগী পুন্সিনা শাংলিঙৈ, পারী-ইমোম ফুইদবগী চৈথেং কোক্ল নবা চীংঙু অপোকপা লাইদা অথেনপোৎ কাদুনা লৈখোক পান্দবা লৈ, হৈখোক নাইদবা হৈরাং কৎতুনা থৌনিজসি হায়ববু ইতাওগী পায়মা পুক্লিংদা করি লৌথুপ লৌকোয় লৈরিবগে ?

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - পাথৌ, ইবুংঙো নুংশিবা ব্রারে ব্রামিন্নরকপা, নুংঙাইরে নুংঙায়মিন্নরকপা, হকচাং অমমম ওইনরবসু য়াইবী-থব্রায়দি অমত্তনিদো। নচল লৈমনসু নোংমতা কাংদে ওইনজরিবা, ইতাওনসু য়াব্রাসি কাংবীরক্ল বনিনা নচলগা, ইচলগা পুন্না থবী অচংবা, থাবা লান্নংদবা কোরৌ নুমিৎ অমদা হৈকৎ-লৈকৎ তমজদুনা পাংথোকপনা চ্রমগদ্রা ?

পাথৌ - মপু মাগী শিন্থানি, খোইয়ুম তাইবং ঙম্নমক পারী-মমোম ফুইনা য়ুম্বানরি। পাথৌ ঐখোয়নিগীদি নোংদম্বা মপুনা কয়াদা লাইবক থিনা নোংদম্বীরবা, পুম্নমকসে খোইয়ুম তয়ুম শেম্বা মপুদা তাইনগদবনি, থৌনিজগদবনে।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - চীংবুরোই-তম্বুরোইদা লৈবা অমায়বা-অমায়বী ৱাতানদুনা পাথাং পুথাংকোকী লিচৎ কায়দনা খুরুম লাইতাইনসে, চীংঙু অপোকপা লাইদা থৌনিজসে।

পাথৌ - পাথৌ ইবান্নিনা পাংথোকসি খনবা থৌরম থৌদা পাংথোক্কবা য়াওখিদ্রি। নিংবগা তৌবগা, ঙমদবা য়াওখ্রবরা খুনথক্তা-খুনখাদা, লৈকোক-লৈকায়দা পাথৌ শিংথানরিদো। উয়ানথাবা লাইনিংথৌ পাথৌ ইবুংঙো ইপাদগী পুরোন তরেৎ, পলেম ইমাদগী ইমারোন তরেৎ লৈখা তাদনবা, কাংখুল মুক্তনবা পারী ইমো ফুইদবা য়াদে। হন্দক্তী সরি ৱাশক পদোল লোম তুংগী চারোল শুরোলদা ৱারীনহৌনবা চীংঙু লাইওকনরসে। চীংঙু অপোকপা লাইদা থৌনিজদুনা পারী ইমোম ফুইদবা য়াদবনি।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - পাথৌ ইবুংঙো খোইয়ুম লাইওইখ্রবশিংনা শিংথানরম্মীদো লাংবন থাদা ইচা নিবা পিনবীএ, লন-থুম নিবনা ইঙা থাদা, পুন্সি নুংশাংনবা নিবনা পোইনু থাদা হাইবসে নুমিৎ থা চিংঙু

অহকপা লাইদা পী-পা চংনা থৌনিরবদি ফংদবা লৈতে য়াথংবীরম্বদু পনথদনা পাংথোকলসি লেপ্লরে। তুংদা পাথৌ ইবানিগী নুংশিনবা, কৎথোকনবা, চান্ন-তীন্নবসে, খোইয়ুম-তয়ুম লাংওন কয়াদা ৱারি শিংবুন ওইনা লৈহৌনবা শরি ৱাশকনসে, নামুংনসে হায়ববু ....।

পাথৌ - পাথাং পুথাংপোক্কী মচু তাবা ওইহনসে, পাইমা লৌশিং চাওবা, তুংগী পোলোই খংবা পাথৌনি। পাথৌনা শিনবা খুজিন থৌরাংদা খোংফম নামা ফাওবা হনজরোই। করি করম্বা শরি ৱাশকনা নামুংনসিগে ৱাহৌবীরসি পাথৌ।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - চিংঙু শিদবা অপোকপনা উবীবা ওইসনু। অপোকপা লাইদা পারি ইমোম নিবদা পারি মশেন পোক্লবা পাথৌ শান্নহনসি, ইমোম মশেন পোক্লবা মতারোই ওইনহনসি। পারি ইমোম খাইনা নোংদমবিরবা মরান য়ুমদিন্নহনসে, হৈজিং-খরাই পুদুনা লৈরোং লাইদা কৎপগুম আ-তুং কোইনা লৌনা-লৈনহলসি পাথৌ অশুম্না হিংমিম্নসি হায়ববু।

পাথৌ - পাথৌ ইবুংঙো নুংশিবা থৱাইমকনি খন্না পাথৌ শান্নরকপনি। পাথৌ ঐদি শামা পাঙ্গল ময়েং তারক্লে, চিংঙু অপোকপা লাইদা পারি পোকচগে থৌনিজগে, পাথৌনা নপাল ফবনিনা নমোম পোকচগে থৌনিবীয়দো।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - পাথৌনা কাংলকপা য়াব্রাবু পাথৌ ঐনা হোয়াদবা য়াবরা? মদুমক চীংঙু অপোকপনা উবীরসনু। থবী অচংবা, থাবা লানংদবা, য়াইফথোইরবা কোরৌ শিংবুং নুমিৎ অমদা থৌনিমিন্নরসি।

পাথৌ - ইপাদগী পুরোল তরেৎ, ইমাদগী ইবেনলোন তরেৎ, লৈখা তাবা ওইনসি, পারি ইমোম পীনসে শরি ব্রাশক্লা নামুংনসি পাথৌ চীংঙু অপোকপা লাইগী লাইমাংদা সরি পন্দোল লোমনসি।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - পাথৌগী য়াব্রা তাবদা পায়মা পীবুকনুংসে পেনখরে। চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌগী থৌজাল ফংবা, য়াইফবা, লনকুবা ওইমিন্নরসিদো পাথৌ।

পাথৌ - ঙসি কোরৌ নোংদি মোংবা ইরানয়াইদা খোংহায়রগে। পাথৌ অফবা থবক্তী পন্থহৈদে অপোকপা লাইদা হায়জসে হলব্রায়লগে পাথৌ।

উয়ানথাবা - স্না খোয়হায়বীরসি পাথৌ ইবুংঙো।

অসুম্না কোরৌ নুমিৎ য়াইফরবা, থবী অচংবা, থাবা লানংদবা, থব্রামিচাক মমিৎ তাংদবা, চীংঙু অপোকপনা ইচা পীনবী লাংবনগী য়াইফরবা কোরৌসিদা লন কুবিবা ব্রাংলেন পুংজাদা অথেনপোৎ কাজদুনা নিজখিবনি। অপোকপগী থৌজালনা পারী ইমোম ফুইনরে। ঙসিদি ইমোম তম্ফা

ফুগায়না শাৎচবী, থাবুং থানিলগুম্না ঙানলরে। পাথৌ নোঙ্গা লম্বী তানখ্রবদা অমমম য়াইথোং কুমখ্রবা লৈরাং লৈখোক লোইবগুম্না উয়ান চাকতিন্নখিদ্রবদগী মপারী খাবা এলাংবনা সরি ব্রাশক নামুংদনবা মঙকৎ পীরমলে। নপল পম্থৌ ঐনা করম্না লৌদনি।

ইমোম লাংলেন তম্ফা, ইমোমবু পোকচবী লৈমা, ইমোম চীংঙু লাইগী নোংদমখোলনে, ইমোমদি অপোকপা লাইগী শিন্থা পুবীনে, ইমোমবু ফংজবনা নপল পম্থৌ ঐদী পোকচমল মহৈ য়াল্লবনে, পাথৌ ইবানিগী শরি ব্রাশকসে পন্দোন লোমলগে হায়ববু লৈমা।

হৌখ্রবা মাংলমচৎকী ব্রারি শিনবুন তারুবদগী তম্ফা মপল পম্থৌবু লাইমকুম্না মীৎলু পীরাং পীরোইনা, পম্থৌনী খুয়া থম্বাল শোক্না মালেম লৈদা কোয়াং ব্রানা তাবগুম, ব্রাগৈ হিনা লাইজদা তাওগুম পুনেমজখরে। পলেম মমা অপোকপীসু উয়ানথাবা লাইনিংথৌবু পুনেমজদুনা হিক্না হিক্না মমোম তম্ফাবু চেজেৎ মথানুংদা কোনশিনখি।

তম্ফা- কোরৌ নোংর্না ব্রাংবরা পম্থৌ অপোকপনা মব্রাংই, মালেম লৈনা লুম্নরা অপোকপী পলেম ইমানা মরুম্মী। পম্থৌগী শায়গোনুংদা শাৎচবী লৈরাং ঐবু খরাইথক্তা লৈহাপ্না থাজবদা নমোম খোংফম অনি শুজরোই, ইমং অনি থমজরোই। ইপল পম্থৌগী য়াথংদবু ফিগাও শানা ঙাইজরিবীনি অপোকপা।

উয়ানথাবা - ইমোমলোই তম্ফাদি অপোকপা লাইনা কুবীদুনা নোংদমবীরপনি, ইমোমগী য়াৱা তাবদা পাইমা পুক্লিং পেল্লেদো। পন্থৌগী শরি ৱাশক পন্দোম লোমলগনি, নামুং কোঙ্গোয় হুক্লরোইদো, ইমোম পোকচবগী মহে য়াল্লেদো।

লৈমা - লাইনিংথৌ, ইমোমলোই তম্ফাদি তম্ফা ওইনা ঙানজরিবীনি। ঙসি কোরৌ নোংদগী পান্থৌগী য়াৱা তুংইন্না অপোকপগী শিন্থা পাংজরগদবীনি।

উয়ানথাবা - লৈমা, ইমোমলোই তম্ফাগী য়াৱা মপাউ তারগা লমখুনু কৌবী চেক্লনা ৱাশাগী ফৈরাথক্তা কংলুরবা তিংথৌ নাপিবু মহুম লাংদা মোংখাংনা শিথরুরবা তিংথৌদো কুমগী নোংনা লাকপদা নৌনা মরা তাদুনা হৌবগুম্না থম্মোয় ময়োন চোংলকইদা।

লৈমা - চিংঙু নোংশেম্বা, ৱাংলেন পুংজাসু ৱাইশিনলক্লে, খোমলেন তুমখুন তান্নবা তরা-চাকলেন চিনদম্মীন্নদুনা ইমোম লাংলেনগা মপু শীন্থা পাংলুরসি।

থেংলবা অহিংগী তাংলৌ ওইরক্লে। নাওশুমগী পোরোল শৎ, থৱায় পানবা কয়াবু মিকোন-থাগোল হৈবী মতম কৌবী লাইরেম্বীনা তাশিন-খোমজিনদুনা মপুগী স্না সঙ্গায় ফজবা নিংথিবা লৈকোলদা য়াহিপ তুমখুন তালহনখরে থৱায় পানবা ঙম্নমক।

## মঙাশুবা তাঙ্কক

(৫)

লমলেন - থাঙ্গা ব্রাংঙু লমলেন লমনুংশি উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী চনু নিঙোলশিংগী শিন্নায়পুংদনি।

ব্রাংলেন পুংজা - য়োইময়াই লাইরেন তাউদনবা, নুমিৎ স্না খোম্মাদোন অতোনবনা মঙাং ব্রাংলেন লমখৈদা খিং-খিং খিংগারকপা মশেক-মঙান্না মালেম লৈময়োন্দা স্না অহিংবা মচুগুম্না শন্দোরকপা ব্রাংলেন পুংজাদনি। অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদগী তরা চাকলেন থোং, পুন্সি শিন্থা পাংন্নবা মপন পলেম পন্থৌশিংগা তরা চিন্দমমিন্না চনু নিঙোলশিংনা শিন্নায় পুংদা চকফু উয়ান, কন্বী থেল্লোং, কেগাম, ব্রাংখুম শারম্বদগী অব্রা হুইশোক লাংবা ওইনা খাবা এলাংবদা মপন পন্থৌ উয়ানথাবা লাইনিংথৌনা মতারোয় তম্ফাবু থাজখিবগী মতাংদা তরেৎ তরা থোক্লা ব্রাতান্নজরম্মী।

পান্থোয়বী - ইতারোই ঙমনমক চনু নিঙোল ঐখোয়না পাওনিংখোল ওইনা তাজরীবা য়াব্রাসিবু তাইওন্নরবরনে? খাবা এলাংবা মগায়দা ইতারোয় তম্ফা ইপল পন্থৌ উয়ানথাবা লাইনিংথৌনা থাজখরে। লাইবক ফৈদকো ...।

লৈমতোম্বী - (মতারোয় লৈমা তরেৎকী মনুংদগী ইতোন তোম্বীদুনা) খাম্বী মৈবু চরৈ ফিনা কুপ্পা ময়াবরা? লৈগী মনম লিরি হুম্বা মালংবনা মপুবা, খোইয়ুম-

তয়ুমদগী মনমনা চিদা পুবনে। হোংতোকপা য়াবা নত্তে, ইতা তম্ফানা খাবা এলাংবগী লৈরাং নাচোম ওইদুনা লৈমন চনখিগদবসি পাম্মুজে। খাবা এলাংবসি পায়মা লিংজেন খায় হুইয়েন লালদা মথৌনা ফে। পায়মা পুক্লিং য়াম্না লাংই হায়বগীদমক অদু নোংগী এলাংবা কোলোইনৈ হায়নরিবনি।

পান্থোইবী - ইতারোয় ঙম্নমক খাবা এলাংবসে মহাক্লা নিংবা থুংদ্রবা মনায় মশনদা ফাওবা খুৎশু তিমেন তানা য়ারৌ শাদা থিনবগুম্না থিল্লি হায়নৈ। ঙম্ন মকসে ইতারোয় তম্ফানা লৈখিবগা পুমতে তেদুনা কোরৌ নুমিৎকীসু তান্নবা মতম লৈবগুম্না ফজখ্রবী শক্তমসিনা শুমহৎখ্রবদা কনানা খংগনি পুমহোং হোংখিবসু।

লৈমাতোম্বী - অমমম অঙান খায়রি, অম্বদা অঙানবসু পুনশিনবা, অঙানবদা অমমবসু তিনশিনবা য়াব্রা ? ফত্রবা, হৈনখ্রবা লিচৎ হায়বসি খোইয়ুমসু ওইসনু, তয়ুমসু ওইজসনু হেক থাদোকপা ময়াবরা ?

পান্থোয়বী - করি নুংগী নুংনাংলুগনি ইতা তম্ফাগী মপোক চনু নিঙোল ঐখোয়না তমঙমলোয়, মশানা হোয়াখিবসে তরাইবা ওইরোই।

তম্ফা - ইতারোয় ঙমনমক, করিগী অদুক পায়মা নুংদা অকি তুজুংনা নুংনাংলিবনো ? নতা

তম্ফাগীদমক নোংদম্বা লাইনা তম্বীরক্লবা চেনবা য়াররোইদবা নোংদম্বনা তম্বীরমদ্রবসু পলেম পম্ভৌগী সরি ব্রাশক ঙাকপা হায়বসে লাইগী ব্রায়েন য়াথংগা মান্নরবনি।

তম্ফাগী মীৎলু নাপোম অনিদা তরং লাইজ ইহৌনা চিম্বাল লকা অনিদা ইপাক্লা ইথক হৌবগুম, থম্না থক্কী লাইজা ইরিকুম্না ফুইনা হৌবা নোংগী মপৈগুম্না খংহৌদনা মতারোইশিংদা পুমেন পাওমেন্নখি।

খোইনৌ ইতারোয় চান্নবীশা ইপল-পম্ভৌ অপোকপনা খাবা এলাংবগী পম্ভৌনা পাথৌ মতাও শান্নদুনা কোরৌ নোংশেমলকই হায়দো। কুমজা কয়া অমা পারী মমোম ফুইদ্রবদা চীংঙু শিদবা অপোকপা লাইদা পারী মমোম নিমিন্নখি। পারী মমোম ফুইদ্রিঙৈ সরি ব্রাশক্লা নামুংনসি পানখৈনা অপোকপা লাইদা পাথৌ, পারী মশেন পোক্লবসু নতাও শান্নহনসি, ইমোম মশেন পোক্লবসু মতা শান্নহনসি। পারী ইমোম ফুইরবসু হৈজিং খরায় পুদুনা ব্রাইথুংনহনসি হয়দুনা সরি ব্রাশক পন্দোম লোমনখি। নোংদম থিবা মপোক ওনরকপা য়াও নোঙ্গা লম্বী তান্নখ্রবসু নোংমন্দবা পাথৌ অমনা পাথৌ অমগী য়াব্রা ঙাক্লা পন্দোম লোম্নসিকো হায়না সরি ব্রাশক্লা অপোকপা লাইদা ব্রাশকনখি।

অপোকপগী খুদোলনা নতা তম্ফা, খাবা এলাংবদা ঙসি কোরৌ নোংদদি ইতাখোয়না তারিবা য়াব্রাদো মপু মাগী নোংদমখোলনি । ইপন-পম্ভৌগী য়াব্রাদি মালেম নৈদা

তাহললৈদে। কোরৌ নোংনা ব্রাংবরা, পন্থৌ ইপানা মব্রাংই, মালেম লৈমনা লুম্বরা পলেম ইমানা মরুমই হায়নরিবনি ইতারোইশা। ইপন-পন্থৌগী হলক্কবা য়াব্রা ফিগৈ শেংলকলবদা নতানা চীংঙু অপোকপা লাইগী য়াথংমক্কি খন্না হোয়াইখ্রবনি। পায়মা পুক্লিংনা লৈপখরে; মতুং তারকপসু অপোকপা লাইগী থৌজালনি।

চনু নিঙোল ঙম্নমক ইঙাগী নোংহৌনা ফুইনা চুরবদা ফুগায়না শাৎচবী লৈরাংগী লকাদা নোংলিক্লা শান্নজবগুম্না পীরাং চোৎলবা মাইথোংশিং অদু ওনশিন ওনশিন্দুনা চরৈ ফিনা তৈথোক্তুনা ঙাইহাক পুংগোয় মতাগীদমক অব্রা হুইশোক লাংমিন্নখিবনি।

পান্থোইবী - হৈরাংনা হৈমুন ফারগা হৈখোক্তগী কেনখিবা, লৈরাংনা লৈশাৎ তম্লগা মনম্না মালংবনা হুমখিদুনা খোইমু খোইরাগী শাহুম ফংজবা মপু মাগী খুৎশেম্নী। খোইমোম লাইরেম্বী ইমাগী শিন্থানে, মাঙ্গা কাদা হেক ব্রাইথুংনখিবগা শেৎনিংবদা শেৎ, চানিংবদা চিনদমদুনা য়াইবী মরাং কায়না লেনখ্রগনি।

লৈমাতোনবী - (নোকফেৎ তৌরগা মতারোয় কয়াদা মিৎচিনা ফলপ-ফলপ য়েং, মতা তম্ফাদা ওনশিন্দুনা হায়রকই।)

ও! ইতাখোয় খোইজংনা য়াব্রাসি তাবীরো, উদসন্না মিৎলাওবী, চাদ সন্না চখোমজাও, লোইনা খংই, হৈজিং

খরাইগী কোরৌ নুমিৎসু লেপনখরে। খাবা এলাংবনা ইতা তম্ফাবু ফংজরগনি পায়মা পুক্লিং লেপচরবদা মরৈ পুংজাও থিন্দুনা কৈরোন লৈকায়দা মনাই মশন য়াওনা পাওজেনখরে।

উয়াইথাবা লাইনিংথৌগী মমোমলোয় শিঙেল মদোম লৈশাৎ তমজবী, তম্ফা মদোম ঙানজবী চনু মহাক্কা এলাংবা ঐগা ব্রাইথুংনরগনি। ইবেম্মা তম্ফানা এলাংবা ইকাদা লৈরবগা খুঞ্জাও লৈচাওনা চাকহোং-ঙাহোংনা য়াইবী মরাং কাইনা পাল্লগনি। মপোক লাংলোন খুদিংদা ইতা তম্ফাগী মপোকসে পীনবীয়ুকো চীংঙু নোংদম্বা।

তম্ফা - লৈমাতোম্বী ইতাদি এলাংবগী চেক্লাগুম খংদ-উদবা লৈখিদরে। ফন্নবা ঙমনমক ইতারোয়না পলেম পস্থৌগা তান্নরগা নুংঙায় য়াইফনা লেনলুন্বা ব্রাতানবীয়ু।

পান্থোয়বী - লৈরাং ওইবী মপোক্পী, নোংমদি লৈমন চনবা হৌনশানি। মতমনা ব্রাইথুংলরবদা চনু নিঙোল ওইবী ঐখোয়সে মাঞ্জা কাদা নোংলেনখিগদবা ঙাক্তনি।

লৈমাতোম্বী - ইতা তম্ফাদি মপোক ফৈদকো হায়গদবা য়াব্রা কয়াসু লৈরি। উয়ানথাবা লাইনিংথৌ ব্রাংবন পাজুম্বগী মকায়দা হৈজিং-খরাই পুবা য়াওবীয়ু, থরৈ ঐগী ইরমদম লোইবী চীংলৈবাক্কী খুঞ্জাশিংনা হৈগী হৈরম, লৈগী লৈরম, চমলৌ লাপোৎনচিংবা

ব্রাৎতনবা শিন্থাবীরো, চাম্মা - চাম্মানা খুজিং ওই পারি পুরী ইকাই ফিরুপ খুমহনবা য়াদবনি হায়নসু শিন্থাখরে।

পান্থোইবী - খোইয়ুম মাগী মকাদা চনু নিঙোলনা অপাম নুংশি ব্রাইথুংনবা হায়বসে খোইয়ুম লাইপোক্কী লৈকোলদা য়ৌবগা পাংখকনি। ইতারোয় ঐখোয়দি হন্দক মপোক্কী ফংঙল্লরোই।

লৈমতোম্বী - পাম্মু কাদা য়ৌগদবা, মাঞ্জা কাদা থুংগদবা লৈরবসিমক্তদা নুংশুক-নুংজাননা ইতা তম্ফানা শিন্নায়পুংদা শকলোকপসি পকচখিদরে।

(লৈমতোম্বীনা নোকফেৎ তৌই মতারোই ময়ামসু মীৎচি খৎনরদুনা ব্রা-ব্রা হেক নোকম্মিনৈ)

পান্থোইবী - ইতারোই, ঙসি কোরৌ নোংমসিমদি থাঙ্গা লৈকায় কোয়রুসি হৈরাং-লৈরাং হেকলুরগা ব্রাংবন পাজুম্বা থাঙ্গা ব্রাংঙু লমলাম্না মৌগীশিংদা চনখ্রগদবী ইতা তম্ফাগা হরাও তয়াম তম, য়াইবী মরাং কাইনা পাল্লুনবা হৈরাং চিন্দমমিম্না, লৈরাং লৈচিমিন্না হৈরাং হৈথিরুরগে, খোংহায়রসে।

লৈমাতোম্বী - কোরৌ, শিংবুম তরেৎনিদা মঙায়রে খাবা এলাংবগী হৈজিং খরাই পুরক্কদবা হন্দক মপোক্কী শীন্নাই পুংশিদা পুল্লরোইদো। ঙসি কোরৌ নোংজাসিদি হায়নিংবা য়াব্রা ব্রাফোংনসে, নাইনু-কিশি পায়মানুংদা থম্মনুসি।।

তম্ফা - ইতাখোয়,-খোইনৌখোয়, চান্নবী ইতারোয় ঙম্নমক, নতা তম্ফাদি পায়মা পুক্লিং লময়ৌনা অব্রা হুইশেক লাংইদো, পলেম-পম্থৌ, ইতারোয়শিং কায়ননি খল্লুবদা থম্মোয় লকাসে খাম্বী মৈব্রাইরকই।

ইতাখোয়না হেলকপা, হৈরাং-লৈরাংদু পুন্না চিনদমমিন্নরগা শিন্নায়পুংগী শিনকুমসি, তম্ফা ইদোম শিন্নায়পুংদা লেনজরমরগে।

চনু নিঙোলশিং ঙম্নমক হৈরাং লৈরাং হেকপা খোংশানখরে। মতারোয় তম্ফাগী মতৌদু উবদা শিন্নায়পুংদা থনমলে। হৌমিল-কামিন্নরকপগী সমু হকচাং তোঙাঞ্জরবসু পায়মা নুংগী ব্রাখনদি মউমিন্নবা, ফোংদোকলুরগা থিংঙমদ্রবা ঈচেলনা মাইকৈ খংদনা চেন্থরকপদু উরুবদগী ফুমবুংনরম্মী।

তৌরাংথক্তা ফমদুনা তম্ফা ব্রাঙমলোয় মদোম চিক্লা ব্রাখল তৌ, মিকুপ খরদং খোইমোম লাইরেম্বী ইমা অপোকপী মতমবাক্তা তুমখুল তাল্লুরে। খোইমোম লাইরেম্বী ইমারেল সিদবীনা নহালনোংগী চীংঙু সিদব অপোকপগী পাওখোললোয় ওইনা তাইবং মপোক্তা লাংওননা মপু শিন্থা পুরকপা মতম লোইরে হায়না থম্মোয়গী লাইয়ুমদা পাওজেল্লক্লে। ও-তম্ফা - তম্ফা ইবেম্মা নপোক লাংওন কাওরবরা মপোক লাংওন লোইদ্রি খোইয়ুম-তয়ুম কনাগসু ব্রাথুংনবা য়াদ্রিদো ...। খোইমোম লাইরেম্বী ইমানা মতারোয়শিংনা হলব্রাইরত্রিঙৈদা চনু নিঙোল তম্ফাবু মিকপ

থোকহন্দুনা মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীগী খুৎশেম য়েংহন্দুনা তম্ফানা - তম্ফাগী মপোকপু খংহনলন্নগা ইমারেল সিদবী কোলোই মিংলেন য়াম্বীদো মাংখরে।

"তম্ফা, ফুক হৌগৎলগা হি! করিনো, ঐবু ঐনা কাওথোকচরবা, তাইবং চিঞ্জাক চারুবা খোইয়ুম তয়ুম মপোক্তা লাংওন তন্নকপনা অপাম নুংশিদা অপক-কুরাং চল্লুবা ... সমু হকচাংদা থোংলম্বা চরৈ ফিসু মালেম লৈদা নাম্থখরে। শন্নাং ইফা ফা কণ্ডাওনরবী শজি অমোমগুম মমি শামখ্রবী চনু নিঙোলগী পুন্সিগুম্না য়েলহৌঙৈগী মপোকপু উনবী নুংদা শাফোংলকলে ব্রাখল থোক্তুবীগুম্না চোইরোন কয়ানা চিম্বাল লকা অনিদগী নুংওনবা মব্রাহৈনা হৈরাং লৈরাংগী লৈনমগুম্না তরং মালংদা তিনখরে।

"তম্ফা ঐদি খোইয়ুম লাইগী মপোক্তা লাংওনলকপনি তাইবংগী শিন্থা পুদুনা মপুগী য়াথং থৌগায়রকপনি। করি নুংগী লাংওন মাপোক শুদ্রিঙৈনা খাবা এলাংবা মগায়দা ইদোম লৈমন চনগনি"।

থাংহী ঙাংঙোয় কেগে মোইরাংগী অকোংজাম্বগা সরি ব্রাক্লা ফৌওইবী ঐগা মোইরাং লমলেন লমনুংশি থাংজীং লাইগী খুবমদা অপাম নুংশি লাংওন মপোক তরেৎ শুরগা 'খম্বা-থোইবী' কৌনা লাংওনলগা ব্রাইথুংনসি সরি ব্রাশকনখিবা মপু মাগী শিন্থানিদো। করম্নবু কাওসিগে, করম্ন বু হিতোক্কনি, লাংন মপোক কয়া ব্রাৎলিদো ...।। খাবা এলাংবগা ব্রাইথুংনবা তারবদি তাইবং মপোক, থব্রায় পানবা

কয়া কয়াগী চিঞ্জাক থকনা চান্নবা, শেৎন-ইন্নবা চরৈ ফি কয়াঅমা ব্রাৎলিবসে লাংওন মপোক তরেৎ শুদনা লোইশিনলবদি মপুগী কুম্মৈ মপুং ফাররোয় এলাংবা মকাদা লম্মন শিংবা অহানবা ওইনা হৈজিং খরাই পুবদা হৈরম অমতং ব্রাৎপদা হৈজিং খরাই লৌদবা ওইরগে শরিশো। পলেম-পম্বৌগী সরি ব্রাশকসু কায়দবা, তম্ফা ঐগীসু লাংওন মপোক ঙাক্লা চৎতুনা মপুগী শিন্থাসু কায়দনবা ব্রাহনখ্রগে।

"ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী, অসি অহানবা লাংওনদা কৌব্রুদগী খুম্হোক্তুনা মোইরাং তোরবুং লমজাওদা ফৌইবী লাংওন ওইনা চকপা লোইমোম ফৌ মখল কয়া পুথোক্তুনা মোইরাংগী অকোংজাম্বাগা ব্রাইথুংননবা লাংওন তম্লকপদা পলেম মমাগী লিচৎ-থিবদগী, লাইগী মপোক ওইরিবা ফৌওইবীনা লৈঙমখিদবা মশাবী অকোংজাম্বগা অপাম-নুংশি লমথোক্তুনা ফৌকৌরোল পুথোক্তুনা ব্রাইথুংনরসি, সরি ব্রাশক তেমশিংনবা মপু থৌজান ঙায়নরকপদা পলেম মমা থোইদিংজাম্বীগী করাম থিবা লিচৎ চুমদবী ওইবদগী য়ুম্বাল লম্বীদা ইবেম্মা ফৌওইবীনা হন্দক মপোক্কী ওইররোই নিংদুনা কায়নরগা ইথায় চীংজিনদা ইবেম্মা সরি ব্রাশকখিবা, লাংওন মপোক তরেৎ শুরগা মোইরাংদা খম্বা-থোইবী লাংওনবা মোইরাং থাংজীং কুম্মৈ মপুং ফাহনসি অপাম নুংশি ব্রাইথুংন্দনা কায়নখি। ইবেম্মা ফৌওইবীনা ব্রাংঙুদা লাংওন মপোক শান্নখি। অকোংজাম্বনা মোইরাংগী খম্বগী মপোক ঙাকনা খাংজহৌই।"

অপোকপগী থৌশিননি, মপু মাগী শিন্থানি। লাইনা থাবা মপোকপু লেমনা মাংগদ্রা ? তম্ফ ব্রাঙমলোয় মপোক লাংওন খংজখরে। চীংঙু লাইসিদবা অপোকপানা থম্মোয়গী লাইয়ুমদা তোংখ্রবদা অমাইবীনা লাইফাও ঙম্বগুম লাইতোংখরে মতারোয় হৈরাংপোকগী, লৈরাংপোকগী অনিবু চনু নিঙোল শিন্নায়পুংদা খোংহায়রক্লবা পাওথাং য়েনা পাওজেনখরে।

লাইগী লাইপাও চেনবগুম থুম থোইরবা য়াব্রাগী খোন্থাংনা ইবেম্মা তম্ফানা শৈশক্লুনা মপু কাদা চংজখি।

হো চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ
পোকলেন পোকপা, শাৎলেন শাৎপাও
তরং - মালং মালেম লৈশেম্বাও
চুপলি পায়না শিন্থারীবা
অচৎ চৎতা থব্রায় পানবা
অপোকপগী থৌশিন্না শিন্থবীরিবা
নমোম লাংলেন তম্ফাবু কুবীও
মপুগী শিন্থা লোইদ্রিঙৈ
তাইবং পুংময়োন্দা নোংমলগদ্রা ?
হা ! ইতারোয় ইবেম্মা
হৈরাং-লৈরাং পোকপীও
নতা তম্ফা ব্রাঙমলোইনা
কৌজরীবা পায়মা পুক্লিংনা
নাপ্পা চিক্লা তারবদি

চনু নিঙোল শিন্নায়পুংদা
থাঙ্গ ব্রাংঙু লমনুংশিদা
খোংহায়বীরকও ইতারোয়-ইতারোয়।

লাংতক্লনা খোইশাওনরম্বা তম্ফা ব্রাঙমলোই মতারোয় হৈরাংপোকপী লৈরাংপোকপীনা শিন্নায়পুংদা ব্রাইথুংলরবদা হরাও মথোয় কাজরে, মাইথোং মকা লাম্না তরাম্না ওকচরে।

হৈরাংপোকপী - ইতারোয়, তম্ফা ব্রাঙমলোই চেংলৌ শকক্তুম্না লময়ৌবী, শুমহৎয়াইবু পুরিবী ইতানা ঐখোয়বু নুংশি থোইনা কৌবীববু মপুগী করি য়াব্রা পুমেন-পাওমেন্নবা পান্বীবগে।

তম্ফা - কোরৌ শিংবুম য়ান্নকলে, লোইদাম থাজ কয়া অমসু নোংমনখরে, পায়মা পুক্লিংনা ফুমবংনরকপা। নতা তম্ফাগী চিরবা ব্রাংলেন মিকুপ খরসিদা ইতা অনি নৎতনদি মপুগী শিন্থা পাংঙমলোয়। খোইয়ুম মপোক্তা পোকলুবনা হোইয়ারুরে ইতাশা। ইতাখোয়না চনু নিঙোল ঐবু কুবীয়ুদো।

হৈরাংপোকপী - উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী মমোমলোই তম্ফাবু খোইয়ুম তয়ুম কনানা শিঙেল মদোম লৈশাৎ তম্মী হায়দুনা লাকচ খুদুম চনগে থৌরাংখ্রবগে ?

তম্ফা - ইতারোই হৈরাংপোকপী, তাইবং পুংদা খোংদারীঙৈ ইপন-পন্থৌ অপোকপগী মশায়কোন্দা হাইনা হুম্না শাৎচবা খোইয়ুম তয়ুম কনানা লাকচগনি।

তাইবং পুংদা চেংলৌ শকফোংনা লাংওনবসে কলক য়েংথি, অপাম নুংশিবনা থল্লিদো, নতা ঐদি খোইয়ুমলক্তা নোংমনবা য়াদ্রাবী মপুগী শিন্থা পুরীবিনি।

হৈরাংপোকপী - খোইয়ুম ওইনা শাফোংলবনিনা অপাম নুংশি লময়ৌনা, য়াইবী মরাং কায়না লৈরাং লৈশাৎ তমলিবীনি। মপুনা নোংদমবা মকাদা ইমঙবু ওইবীয়ু ইতারোয়।

তম্ফা - লৈরাং ওইবী মপোকসে, খোইয়ুমগী মমঙ ওইদনা লৈশাৎ তন্নুবগী করি কান্নগনি? মপু মাগী কুম্মেদা তাইবং শিন্থা পুরুবনা। হন্দক মপোক্কীদি অপাম-নুংশি ব্রাইথুংনবা নোংদম্বীরমদরে।

লৈরাংপোকপী - তাইবংগী লৈশেম-নুংশেমদা ইথৌদাং ওইরুবা ইতা ঐখোয়দি অপাম নুংশি ফুইদরে; মপু কুম্মে মপুং ফান্নবা লাংওন মপোক ঙায়বা তাবনি। ইতা ইবেম্মানা কৌবীববু করি স্না য়াথং পুজগদবনো।

তম্ফা - ইতারোয় ইবেম্মা, অপোকপা লাইগী লাংওন পুরীবী ইতা হৈপোকপী-লৈরাংপোকপী চীংঙু নোংদম্বা ইপল-পন্থৌনা সরি ব্রাশক্লা খাবা এলাংবগী মপন-পন্থৌগা শারি ব্রাশক্লদুনা পারী ইমোম ব্রাইথুংনহনসি হোয়-য়ানখিবনা পন্থৌগী সরি ঙাকপদা নিঙোল পুন্সি নোমনখিদৌরে। নহালমুক্কী মপোপ, হদকমুক্কী মপোক কাওজন থিনা কাওরুরে।

ব্রাইথুংনদনবা শিনবদা তেংবাবীয়ু হায়জবনি।

ঙসি কোরৌ তরেৎনিদা মঙায়রে 'খাবা এলাংবগী' হৈজিং-খরাই য়ৌরক্কদবা। করিগুম্বা হৈরম লৈরম শুনা পুরক্লবদি নতা তম্ফাদি এলাংবা কাদা মপু শিন্থা লোইদনা নহাল নোংগী অপোকপগী শিন্থা লাকপদা লাংওন মপোক তরেৎ শুদনা হনবা তারবরা । লাংওন মপোক তরেৎ শুরগা ব্রাইথুংনসি সরি নামুংনখিবা, মোইরাং থাংজীং কুম্মে য়াওঙমদবা তারনি।

থৌরম থৌদাসি কায়দনবা হৈরাপোকপী লৈরাংপোকপী ইতানা হৈগী হৈরম, লৈগী লৈরম শুদনবা ঙসি কোরৌ নোংদগী হৈরাংদা হৈপান্দবা, লৈপান্দা লৈশাৎতবা য়াথংবীদুনা তেংবাংবীয়ু অপোকপা মপুগী শিন্থা পাংজবা ঙমজগে- কুবীয়ুগবা ইতারোয়।

হৈরাংপোকপী - ইতা তম্ফাগীদমক অপোকপা লাইগী শিন্থা কায়দনবা পাংজবদা হোয়-য়াজরে। পন্থবা লৈতনা লাইনিংথৌ ইপন-পন্থৌদা খাবা এলাংবগী মকাদা হৈজিং-খরায় পুরকপদা হৈরাং হৈখল শুদবদি হৈজিং খরাই লৌজরোয় পাওহনবীখরো। হৈরাং লৈরাংগীদমক্তদি ঙসি কোরৌ নোংদগী ইবেম্মানা ব্রাৎহলনিংবা হৈরাংদা হৈপাল্লরোই, লৈপান্দা লৈরাং লৈশাৎলরোই ইবেম্মা।

তম্ফা- ইতারোয় অনিগী নকাদা হৈরাংলক্তগী

অথোইবী হৈখলদি হৈবুং, হৈনিং, হৈক্রু, হৈজ্রাং হৈমাং, হৈরি, হৈয়াইনচিংবনি। হৈরাং অমত্তং ৱাৎপদা নতা তম্ফানা হৈজিং খরাই লৌররোয় সরি শো। খাবা এলাংবদা হৈরাং অমতং ৱাৎপদা হৈজিং-খরাই লৌদবা হোয়ানখরে। হৈরাংলক্তগী অথোয়বা হৈক্রু পানহদ্রবদি তম্ফা ঐগী মপোক লাংওন মঙচুমলগনি, চীঙু অপোকপগী শিন্থাবু পুঙন্নগনি।

হৈপোকপী - চিংন-পরৈ হনবীরো, মপোক লাংওন কায়দনবা খুঞ্জাও লৈচাওনবা, অপোকপা লাইগী শিন্থা মপুং ফান্নবা খুন্থোকপীরো, নমু তাইবং মীওইবা, থৱায়পানবা খিবিক্কী তুংগীদমক য়াইফথোইনা পলেক্লবা "হৈক্রু" হায়বা হৈসে হৈরোৎচরগে পালনহজররোই।

তম্ফা - হন্দক মপোক্কী লাংওনদি ইতারোয় অনিগী থৌজাদগী কুবীদুনা মপোক লাংওন কায়ররোয়। মপোক লাংওন অমদা মপু শিন্থা পুমিন্না লমন শিংবা ঙমজগেকো।

লৈপোকপী - চনু নিঙোলগী অৱাবা চনু নিঙোলতনা মখংই। ৱারে ৱামিন্নবা, নুংঙায়রে নুংঙায়মিন্নবা তাবনি। ইতা ইবেম্মা ঐখোয়সু খোংহায়খ্রগে, চনু নিঙোল ইতারোইখোয়না শিন্নায়পুংদা হলৱাইরক্লিঙৈ নাপ্পা অনি শুনা তাহনবীদবা থুপচান্নরসে ইতা।

তম্ফা ইবেম্মা মতারোইশিংনা খোংশানখিববু মিতাজা, পায়মা পুক্নিং মকা লাম, নিংজবা লাংওন কায়ররোই খঞ্জবদা হরাও মোমোন মিনোক তম, মাইথোং মকা লাম, শিন্নায়পুংদা মতারোইশিংবু ঙায়দুনা লেনহৌই।

হৈরাং, লৈরাং থিজরুবী মতারোই চনু নিঙোলশিংসু হলব্রাইরকলে, পাম্থোয়বী (মোমোন মীনোক তম, মাইথোং লকা নুং-ফাওনা তম্ফাবু চিংনা মিতাজরগা শিন্নায়পুংদা চংলক্কুনা নাপ্পদা লৈরাং অমা চিনবীরগা য়াম্না মোং হাদনা হায়রকই) কোরৌনা নারন পাবোৎ লোনলমদায় সনা অহিংবা মচুনা ফুদোংবা, মশেক মঙাননা য়ৈবদা চুমথাংনা খানবগুম, থাজ মানবী মাইথোংদা মুরবা শমলাংগী ব্রাই ব্রাই তারবা থম্বাল লৈকানা কেনখ্রবদা লৈরিক্না থমচেৎপু কোয়শিনবগুম্না ওইজবা য়েন্নিং থাগী মপুং ফারবা লোদাম ইঙাগী থাজিনদ শাৎচবী লৈরাং থম্বাল চম্মা নিপান অহোয়ননা মাইথোংনা ফজবসিবু করি নুংগীনো ইতা তম্ফা।

লৈমতোনবী - কয়াদা ফজথোইরবী চেংলৌ শক্তনো, নাপ্পগী লৈরাংনা স্নাদ-স্নাগুম মান্না ফজথোইরীবা, য়েংউ-য়েংউবা, শাওং-শাদা মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীগুমনা পাংখকনরে। ইতা তম্ফাবু খাবা এলাংবগী ওইখিনি খল্লুবদা পামুজে।

তম্ফা - চনু নিঙোল ঙমনমক নতা তম্ফানা মৌগীশিংদা চনগদৌরীবা অসুম্না ইতারোই নখোয়সু মপু

নোংদম লাকখিনি, নিঙোল ওইবীনা মাঙ্গা কাদা ব্রাইথুংনববু অমঙ য়াইথোং কুম, নোংঙ্গা লম্বী তানবসু নত্তে। পোকচমন মহে য়ান্নবা অপাম নুংশি খোরী কৈথেল কা, মপুগী লৈকোল নিংথিবা, ইপাক-ইরেন অথোইবা অব্রা-নুংঙায় পনখৈদা শাবী শানৌ খুৎশম্না ব্রাইথুংনজগে ইতাখোয়।

লৈমাতোম্বী - য়াব্রা অমগা কোচি অমগা শিংঙেল চিনি চম্প্রাগুম নৌহৌহননা লৈনম চেল্লিদো। মসিদবু এলাংবনা ঙাওরোইদবা লৈতে। ঙসি কোরৌ নোংসে হৈরাং লৈরাংগী লৈনম্মা শিন্নায়পুংসে মহৌশাগা মান্নদে।

চনু নিঙোল পুন্না চিদমমিন্নরে, লৈরাং নাচোম শেমদুনা অমনা অমগী নাপ্পদা মোমোন, মোমোন নোকচদুনা চিনবীরি, হৈরাংহৈমুন ফারবশিং চিন্দমমিন্না, নিঙোল পুন্সি কেজবা, মৌজবা, থোৎচবনা লৈরাংগী পাংখক ওইনা ওইনজদুনা চনু নিঙোল মশেন অপাম নুংশিগী ব্রারী কয়া শাদুনা ব্রা হেক নোকমিন্নে। নাইতোম তারবী, মীচং লৈজদ্রবী, তম্ফানা নাইতোম থোকপী থাজগুম পারবা লৈচিন নোংফাইগী মরুমদা থাজনা লোৎচবগুম মিকুপ খরদং মাইথোং মকশিন্না শকফোংলম্মী। মাইথোংদু উরুবদগী ব্রা হেক নোকই। মতারোই অমনা ইকায় ফিরুক খুমজরীবী ঐখোয়গী তম্ফা থোইনা হেন্না ফজদ্রনে। অসুম্না হৈরাং চিন্দমমিন্না, লৈরাং লৈচিনমিন্নদুনা মিকুপ খরা হৌখরে।

কোরৌসু নোংচুপ চীংগী চীংদোন্দা খুমন পুংদা খোংশান্নবা শেম শানরে। তম্ফা ব্রাঙমলোই চনু মতারোয়শিংগা তুংথা মাংথা পরেং শানা শিন্নায়পুংদগী মোংবা মরাংয়াই তম্না খোংহাইরক্লে।

পলেম মমা অপোকপী লৈমনা খরাই থোঙ্গালদা লেপ, মমোমলোই তম্ফাবু খুবাক লাইখন থানা স্না মিৎয়েং তাদুনা লৈরিঙৈদা মদোম শাৎচবী তম্ফানা হরাও মোমোন মিনোক তম, পায়মা পুক্লিং মকা লাম্না কৌজরম্মী।

তম্ফা - পলেম অপোকপী, নমোম খোংদোয় হুজরক্লে, স্না সঙ্গায়দা খোংহায়রসে।

মমোমলোয় তম্ফা অমদি পলেম-মমা লৈমগী মপন পন্থৌগী মোংবা মরানয়াই স্না সঙ্গায়দা চংখরে।

চনু নিঙোল, শিন্নায়পুংদা ঙসাই মতারোই হৈরাংপোকপী, লৈরাংপোকপী অনিগা ব্রাতান্নজখিবা পুম্বা থাঙ্গা নিঙোল কাদা পলেম অপোকপী মমাবু কৌজরগা হৈজিং খরাই পুরকপদা হৈরম-লৈরম শুদ্রবদি নমোম তম্ফাদি হোয়য়াজবা ঙমজরোই হায়না মচা খায়না পুমেন পাওমেন্নখরে পলেম মমাসু মমোমলোই তম্ফাগী মনিং থুংজনবা হোয়াজখরে।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ, ব্রাংলেন পাজুম্বগী কাদা চং, মমোম তম্ফাগী ব্রাকৎচরকপা য়াব্রা পুবা ব্রাতাম্নখরে। উয়ানথাবা লাইনিংথৌসু হরাও মোমোন নোক, মমোম

তম্ফাগী ৱাকৎ হিদোকপা ঙমখিদরে। হৈজিং খরাই পুবদা হৈগী হৈরম, লৈগী লৈরম শুদ্রবদি অপোকপা চীঙু সিদবনা লৌফম থোক্কে; হৈজিং খরাই পুবগী কান্নবসু লৈতে। পায়মা পুকচেল শেংবী, হায়নখিবদা হোংজদবী নমোম তম্ফানি। ইবেম্মনা ৱাকৎচরকপসি মরম চায়, মপু মাগী খুয়া থম্বালদা হৈকৎ-লৈকৎ তমজবদা হৈগী হৈরম, লৈগী লৈরম শুদ্রবদি লাইথৌ পাংথোকপগী মহৈ য়ালরোই। ইমোমগী ৱাকৎ উয়ানথাবা লাৎনিংথৌনা হোয়য়াখরে। পন্থবা লৈতনা নুমিদাং অদুমক্তদা মখুত্তা মৈরা পায় য়াঙ্গোয় শগোল থৌদুনা তম্বা নুপা অহুম থাদুনা খবা এলাংবা মকাদা মমোম লাংলেন তম্ফাগী ৱাকৎপুস্বা তমহল্লুরে।

মনাইশিংনা খাবা এলাংবা মকা হেক য়ৌবগা লাইনিংথৌগী য়াথংদু পাওদমখরে।

মমোম লাংলেন তম্ফা ৱাঙমলোইনা হৈজিং খরাই পুবীরকপদা হৈগী হৈরম, লৈগী লৈরম ৱাকৎপা হৈজিং খরাই লৌজবা ঙমরোই।

মমোম লাংলেন তম্ফাবু মচা ইবুঙোগী ওইজবা ফংলরোইদবনি হায়না পাওদমজরকই। ৱারক পুম্বসি মমোম তম্ফাগী হোংলরোইদবা সরি ৱাশকনি।

খাবা লাংবসু হোয়য়াখরে। ইশানৌ তম্ফানা লেপ্লীবদু খাবা ঐসু হৈরম লৈরম শুনা পুরকপা ঙমদ্রবদি হিংলুবগী করি কান্নগনি। পুম্নমক হোয়াহৌরে লাইনিংথৌদা ননাই খাবা এলাংবনা পুনেমজহৌই ৱাকৎপীয়ু অঙম্বশিং ...।

অসুম্না ইবেম্মা তম্ফাগী খুজিন থৌরাংনা চীংঙু সিদবা মপুগী শিন্থারকপা লাংওন মথং মথং কায়দনবা খোমলেন মঙলাংন্দা শিন্থারকপা পুম্বা নিংশিংলকই; পম্মৌগী সরী ৱাশকসু ঙাক, খাবা এলাংবনসু তম্ফাবু তালোয় শিংদা চনঙমদনবা হৈরাং ৱাৎলবদি ৱাইথুংদবা হোয়ানখরে।

নহাল নোং য়েলহৌঙৈগী খুৎশেম লৈসেম লোইরবা মনু তাইবং মীওইবা, থৱায় পানবা খিবিকী য়ুমরিং কৈরিংবদা তরা য়েনশৌবা, য়েলম কয়াগী শিন্থা চীংঙু সিদবা অপোকপা মপুগী শিন্থারকপা লাংওন মথং-মথং য়াথংবীরকপদু কায়দনবা খোমলেন মঙলান্দা নৌনা অমুক পাওতাকখরে। মপুগী শিন্থা পুদুনা খোইয়ুম লাইগী মপোক ওইরিবিনা তয়ুমদা লাংলোন তমদুনা তুংগী চারোল-শুরোনগীদমক লমলেন লমদম শিনথুংনা মালেমগী অৱাৎ-অপা কয়া অমা পুথোক্লীবী তম্ফা অৱাবা কোঙ্গায় মাইয়োক্লদুনা লাংওন মতম ঙায়দুনা নোংলেনখি।

## তরুকশুবা তাঙ্কক

## (৬)

লমলেন, - খাবা এলাংবগী মোংবা মরাংয়াই, স্না সঙ্গায়দনি।

ৱংলেন পুংজা - য়োইময়াই লাইরেল তাউদনবা, নুমিৎ স্না খোমাদোন অতোনবনা লুৱাং লমলেন লমনুংশিদা খোংদোয়রকপা ৱাংলেন পুংজাদনি। খোইয়ুম মোনু তাইবংশিংনা তরা চাকলেন তম, ঙাইহাক পুংলোয় অৱা হুইশোন লাং, শমূ হকচাং তেকখৎনা মথৌ মঙমদা মাইপুনরক্লবা মতমনি।

ঙসাই মখৈ মরৈ পুংজাও থিন্দুনা উয়ানথাবা লাইনিংথৌ ৱাংবল পাজুম্বগী মকায়দা হৈজিং খরাই পুবা খোংশান্নবা পলেম শকপি, পন্থৌ শকপা, মচেম-মনেম কয়াঅমসু তিল্লরে। অদুমওইনমক খাবা এলাংবদি হৈরাং লৈরাং অমতং ৱাৎপদা ইবেম্মা তম্ফানা হৈজিং খরাই লৌরোইদবা, ৱাইথুংনরোইদবনিনা ঙম্নমক অরেম্বা তারগনি খজবদা পায়মা পুক্লিং লৈতাদরে।

খাবা এলাংবা - হৈরুংহনবা, লৈরাংবা, লোইশঙগী ফম্নায়বা ইপুখোয় উয়ানথাবা লাইনিংথৌনা পাওজেলকপা তম্ফা মমোমলোইগা সরি ৱাশক লোক্ল খিবদা হোয়াখিবা হৈরাং লৈরাং অমতং ৱাৎপদা হৈজিং

খরাই লৌদবা, এলাংবা ঐগসু ব্রাইথুংন্দবসিগী খল্লুবদা অব্রাবা ওইরে।

হৈরাংহনবা - (খুউ লৈতানা পুনেমজরগা) মচা ইবুংঙো হৈরম লৈরমগীদি মখল তরেৎকী ব্রাফমদু ওইবীরবদি শুরম্নগনি নিংঙৈদো।

খাবা এলাংবা - চকগী উচানগী মৈরা পায়, তম্বা নুপা অহুম খোংশানলক্নুনা মমোম তস্ফাগী য়াব্রা মালেম লৈদা তাহল্লবদি এলাংবা নাকাদা ইমোম থাজবা ঙমলোইকো।

মদোম শাৎচবী নহাকথক্কী তস্ফাবু মমাঙ ওইজনবা তেমশিংনজৌ হায়না য়াথংবীরকই। হৈরম লৈরম অমতং ব্রাৎপদা য়াইবী থব্রায়সে হামচৎনরগনি হৈরুংহনবা।

হৈরুংহনবা - হৈরম লৈরম, অথেনপোৎ অনৌ অপেন, ক্বাহৈ, চাবোৎ কয়া অমা অব্রাৎ অপা লৈতনা শুখরে। য়াইফথোইরবা, ব্রাংলেন পুংজাদা খোংকাপ ইহুন তম; য়াইফরোন লাউদুনা অমাইবনা লমথাখরে। য়াইফ থৌরমসিবু অমুক থিংদুনা অপনবা পীবীরবদি মচা ইবুংঙো অপোকপা লাইদা শিংনবা ওইনা থোক্নুনা তেকশিন হনজীনগনিদো তৌহৈখিদরেদা।

খাবা এলাংবা - ইপু হৈরুংহঞ্জবা, লৈরাংবা, অরাংপুরেল ঙম্নমক হৈগী হৈরম, লৈগী লৈরম অমতং ব্রাৎপদা হৈজিং খরাই পুবগী কান্নবা লৈতে; মঙলানগী মশকনি।

তংঙায়ফদনা হৈকোক পুবীনচিংবা খ্বায় তরাসে হলব্রাইরকখিসি য়াথংবীয়ু।

হৈরুংহনবা - ননায় নপুনা থিজগে, অশাও-পরৈ হনবীদুনা পায়মা পুক্লিং তপথবীয়ু মচা ইবুংঙো। তম্বা নুপা মরি-মঙা থাদুনা হৈকোক পুবীনচিংবা কয়াদা অব্রাৎ অপা য়েংজরগা হৈরম শুদ্রবদি খোংশানবিনু য়াথংজরগে।

তম্বা নুপা মরি-মঙা চোংথোরক্কুনা হৈরুংহনবদা পুনেমজরগা হৈগী হৈরম, লৈগী লৈরম অব্রাৎ-অপা য়েংদুনা খামখরে। হৈজিং খরাই পুবী, পলেম শকপী কয়ানা তৌহৈদবা থৌশিননি, শুবা-শুদবা লাইনিংথৌদা হায়জরগা তরেৎ-তরাথোক্লা খন্নবসু ময়াবনি। হৈরাং লৈরাং-লৈপানদা পান্দববু মচা ইবুংঙো এলাংবনা, ... খোংশানদ্রিঙৈদা মশিন পুম্বা মিৎয়েং তাবীগদবনি চিবোন-চিবোন ব্রাতান্নৈ। মচা ইবুংঙোগী মতৌনে, ফম্নায়বংগী থৌওংনে মান্নজৈ হায়না মাগী মাগী উনবীনুংদা নিংনা খন্না ব্রাতায়নৈ।

তম্বা নুপা অমা - (খোন্থ্রাং য়ৈনা, হৌনা পাওজেল্লকই) পলেম ইমা মানবী ইচে- ইনেম ঙম্নমক মচা ইবুংঙোগী য়াথংনে। হৈরাং-লৈরাং লৈগী লৈরম ব্রাৎপা য়াদে হলব্রাইরকখো।

হৈজিংপোৎ পুরীবী ইমা-ইবেল, চনু নিঙোল ঙম্ন মক লাইনিং পরৈ চেৎলবা অহল লমন, খ্বায় তরামক খাবা

এলাংবগী স্না য়াথংনি হায়রকপদা কি হঙ্গোয়না অমদি লৈবাক মপু নাইরিবনিনা চপ-চপ লেপ্লদুনা মহৈ মহৈ ঙায়নরি।

তম্বা নুপা মরি-মঙাদুনা চংশিন্দুনা হৈরম-লৈরম শুরবরা স্না মিৎয়েং তাবীরবদা হৈবুং, হৈনিং, হৈজ্রাং, হৈমাং, হৈরি, হৈয়াইনচিংবদি য়াওরে, তরেৎশুবা 'হৈক্রু' দি ব্রাৎলমলে, য়াওরমদ্দরে। হৈরম শুদরে, হৈরম অমা ব্রাৎলে হৈজিং খরাই পুবগী কান্নবা লৈররোই। ইবেম্মা তম্ফানা মিৎয়েং তাবীররোয়। মচা ইবুংঙোনা খংখ্রবদি করি থোক্লগবা ...।

তম্বা নুপা অহুম - (খু-লৈতানা খুরুম লৈপায়দুনা) মচা ইবুংঙো, হৈরম লৈরম শুগদবা হৈরম অমখক্তুংদি হোরিৎলে (ব্রাৎলমলে) ..., হৈজিং খরাই পুবীশিং ঙাইহাক মিৎকুপ নাহুম খরংদা পনখিসি য়াথংজরম্মী।

খাবা এলাংবা - (মিৎস্না লকা অনিদো থক্কা খাগা কোরি চেন, লব্রায় লুতোন শাৎ, অশাও-পরৈনা চেংলৌ মাইথেং শুক্লা মমলবা নোংগী মপৈ মপৈনা অখাক-অরাওগা লোইনরক্লুনা মালেম ইমাগী মতপাক্তা ইঙা ইঙেনগী কপচেৎপী নোংজুগুস্না চুথরকপগুম লাও খোংদুনা থম্মোই লাকাদগী থোরকপা মব্রাহৈনা)

চীংঙু নোংদম্বা, অম্মম-অঙান নোংখায়বীরীবা নদায়রেম খাবা এলাংবনা চীংঙু সিদবা মপুরেন্দা লংজখিবা করি লৈদুনা য়োম্বীরক্লবা খয়োম্ম, শেম্বীরম্লবা লৈপুল,

নাচোমবু খাংঙুথক্তা মাংবা তারবা ...? খাবা এলাংবগী য়াইবী থব্রায়সে অমঙ য়াইথোং কুম, নোঙ্গা লম্বী তান, ইখঙম্লবা মফরগদ্রা ? খোংকাপ ইহুন তম্বা খুদিং খুরৌ থাংবসি করম্বা মপোক ওইরিগবা ... ? পুন্সিসে য়াইবী মরাং কায়না তম্ফা ব্রাঙমলোই ইবেম্মগা চেক্লাগুম চিলোক্ল া, পোম্বীগুম চিনদিন্না লেন্নজগদবা পুন্সিবু লমখাংদা তোমতেক্ল রগনি।

হা .. হা ... হা, ... ঐ, খাবা এলাংবনিকো, ... হৈরম-লৈরম শুবা ঙমদ্রবদি মীনা শিবনা খোঙ্গূদা, খোইয়ুমলাই নমু পোংনা শিবনা চিন্দা ... তম্ফা ব্রাঙমলোই ইবেম্মাবু ঐগী ওইজবা ফংলরোয় । হৈরম অমতং ব্রাৎপদা হৈজিং খরাই লৌররোয় এলাংবা নকাদা হোয় য়াবা ওইররোই ...।

তম্বা নুপা মরি মঙা, তরেৎ-তরা খোংহায়খরে। হৈরম শুদ্রবদি হৈজিৎ খরাই পুবগী কান্নবা তোংজবা লৈররোই থেংলবসু; ইনুং লৈনা নোংঙানদ্রিঙৈ, কায়রৈ য়েন্না খোংদ্রিঙৈ উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী মোংবা মরানয়াই মমোমলোয়। তম্ফাগী হৈজিং-খরাই লৈরোং লাইদা কৎচবগুম্না খুদোল তমহৌসি; থিল্লগনু।। খোংশানলো, অব্রাৎপা হৈরাং "হৈক্রু" দো হৈপাল খুদিং কাদুনা হৈথিরু ...।

তম্বা নুপা অহুম - (খুউ লৈতানা খুরম লৈপায়রগা)
মচা ইবুংঙো, কোরৌসু লুব্রাং ব্রাংলেন পুংদা খোংহায়রকপা খুমন পুংদা লমলেন খোংহায়দ্রিঙৈ

চীংবুরোই তম্বরোই, খুন্থক খুনখা, থাঙ্গা লৈকায় পনলাম্না হৈরাং হৈক্রুদো ফংন্নবা থিজরুখিগে।

খাবা এলাংবা - থমং ঐগী ইরমদমদা তম্ফা ব্রাঙমলোইনা মৌগীশিংদা চন খাবা ঐগী তালোইশিংদা চঞ্জরবদি চাওহোং ঙাহোংগনি; খুঞ্জা কয়াগী খুঙ্গংসু মহে-মরোং চুমগনি নুংঙায় য়াইফনা পানগনি, অব্রাৎ অপা লৈররোই। পুম্নকসি খাবা এলাংবা ঐনা হৈগী হৈরম লৈগী লৈরম ব্রাৎহলবদি হিংলুবগী করি কান্নরি।

করিগুম্বা হৈরাংসি থীবা ফংদ্রিবমখৈদি খোংশানখিরোই; নোংঙেনদ্রিঙৈদা থিখিগনি। তাওজিং হৈরাং 'হৈক্রু' ফংদুনা হলকব্রাইরবদি ফৈ; ফংদ্রবদি খাবা ইতিক খংহনগে সারিশো ...।

লমজাও লাম্মৈচাকপগুম, অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎনা মাইকৈ সনলায় খংলক্ত্রবগুম, ইপাল থাগী লৈরাইনা নিংখায়রকপগুম, মৈগী চীং পোককায়রকপগুম্না কম্বী থকী লেমলৈ ঙাগুম্না, নোংথাংনা জগোয় শাবগুম্না খাবা এলাংবগী উনবী থম্মোয় লকানুংদা নিংঙমদবা, খোইশাওনবনা পায়ম নুংদা ব্রাম্মৈ চাকপগুম চাকলকলে। শিংলি নাওরী, মীহুন থাউন, চেংগুম চেংগানরক্লে।

পন্থৌ খরাই থোঙ্গাল স্নাথোংদা নুংশুক নুংজানা হৈজিং-খরাই পুবী কয়াদু য়েংলদুনা লৈরিঙৈদা ব্রাংলেন খরা হৌখ্রবগী তুংদা খংহৌদনা তম্বা নুপা অহুমনা কিথুক-কিরুম ব্রাগী নাতৈ কাংলকই।

তম্বা নুপা অহুম - (খু- লৈতানা খুরুমই) মচা ইবুংঙো ... কোরৌ শিংবুম কয়ানি, লোইদাম থাজ কয়া চুপ্না থবী অচংবা, থাবা লাংদবা অফবা থাবাল য়েংদুনা 'হৈজিং-খরাই' পুবগী তোমশিংজরকপা য়াইফথোইরবা কোরৌ নুমিৎসিদী লুৱাং ৱাংলেন পুংদগী কৌরৌনা শিনকুমদ্রিঙৈদা য়ৌবীরক্লনবা লাইনিংথৌ উয়ানথাবগী ময়াথংবু মালেম লৈদ তাহজদনা মচা ইবুংঙোগী মফমদা ৱাহনজবা লাকচবনি।

ইবেম্মা তম্ফা ৱাঙলোইসু চনু নিঙোল লেংবান্নবী কয়াগা হৈজিং খরাই ওক্লনবা ঙায়হৌরী। লাইনিংথৌ উয়ানথাবসু, লেংমান্নবা পাথৌ, শাম্নবা মরুপ মপীজা, খুন্থক খুনখাগী ইমা ইবেনশিংগা তাংবল ফৈরাথক্তা ঙান্থোয়না হৈজিং খরাই ওক্লনবা ঙায়ঙমহৌদরে। অৱা হুইশেক লাং, খন্বী মৈৱাইরপগুম্না ইকায় ফিরুক খুম, চিম্বাল থক খা চিক্তুনা শরি ৱাশকনা, পাওঞ্জেরকই নাকাদা ...।

খাবা এলাংবা - ইয়াম্বখোয়, লাইনিংথৌ উয়ানবগী ফম্নায়বশিং স্না মিৎয়েং তাবীগনিদো । পোইরৈ ইরমদম, খুন্থক-খুনখাগী খোইয়ুম নমুং পোংশিংনা থেন্দুনা খোংকাপ ইহুল তমজদ্রিবা হৈরাং অমা ৱাৎলমলে। তম্বা নুপা মঙা তরা থাদুনা হৈরাং ফংন্নবা হৈথিখ্রি। হৈরাং শুদ্রিবমখৈ ইপল পন্থৌ শক্লবা লাইনিংথৌ উয়ানথাবা, মচা ইবেম্মা তম্ফা ৱাঙমলোইগী মকাদা হৈজিং খরাই করম্না লৈরোং লাইদা কৎপগুম্না থেনজরুগনি।

খন্থরুবদা মাজিং চাম্মা-চাম্মানা নমথরক, থৌদু নুংপাক্লা নলবগুম্না, ইরাকনরবা সমু হকচাংগুম্না - নুং অনিগী মরক্তা হা ওইরিনে - ইয়াম্বা, ফম্নায়বশিং থিবা য়াবা থিরে, ফংবা লৈখিদরে। খাবা ঐগী ইপোকসে নোংদম থীনা তম্বীরমবোই ফম্নায়শিং ।

তম্বা নুপা অহুম - মচা ইবুংঙো, ঐখোয়সু, হৈরম শুদ্রবদি, হৈরম থিরি, ঙাইহাক ব্রাংলেন পুঙ্গোয় ঙায়বীখো, কোরৌ নুমিৎ য়েথোকসি ব্রাহনবীরবদি লৈপাক মীয়াম তিলিঙৈ খোইশাওনদিঙৈদা পুমেন পাউমেন্নবিরবদি য়াইফবা পুরকদবদু হৌজিক্তি ওইথোক্লরোই।

খাবা এলাংবা - ইয়াম্বা ফম্নায়বশিং ইপন-পন্থৌ লৈকরম্নবা পাথৌ মশেন ব্রাতোম্না খোইখা-লিনখা থান দনা তরেৎ তরা থোক্লা পুমেল পাওমেন্নগদবসু মপু মাগী নোংদমখোল খোইয়ুম ঐখোয়না ঙাইজবা তাবনি।

তম্বা নুপা অহুম - খাবা ইবুংঙো, লাইনিংথৌ উয়ানথাবনা শরি ব্রাশক্লা নামুংনখরেদো । খাবা এলাংবনা উৎথোক্লীবা লমচৎসি ইমোম চরৈহল মথকতসু মখাদসু লৈশাৎ তমজদ্রবী, পারী ফুইদে থওইদবরা, হনু মালৈ কারে শিংনবরা উয়ানথাবা ঐগা ইমোমগা ইকায় ফিরুক খুমহনবা ঙমলোইদবদা থাজবু লামজবা ইমোম চরৈহনবুসু ইকায় ফিরুক খুমহনবা পাথৌ ইরুপ নুংশিবদু লৈরম্নবদি য়াব্রা কামজাও হুন, শয়েং পাম্বোম থেংন, খুৎশু তিমেন পায়না চায়ন

খোংদ্রেন হাম্নরম, কাওজ মমল হলহনগদবনি। অদুবু শরি পন্দোম লোমনখিবা পারী-ইমোম ব্রাইথুংনহসি পাথৌ কায়নবা য়াদেকো শরি নামুংনখিবদো পুন্সি পন্দোম লোম্না ঙাকলকপসিদা নব্রা পারী খাবা এলাংবনা মপল-পন্থৌ ঐবু ইচেলদা তাউথরকপা কাওশিগুম্না তেমশিংনরকপনি, লাকচৈ হায়দুনা পীরাংনা পীরোইননা ইবুংঙোদা ব্রাতেমলুচো য়াথংলকই।

কোরৌ অঙানবনা খুমন পুংগী অমমলোক্তা চংদ্রিঙৈ, অপানবনা নারন পাবোৎ লোনদ্রিঙৈ, য়াচংদ্রিঙিদা হৈজিং খরাই পুরকত্রবা লৈরোং লাইদা শাগৈ-শলায়গী অপোকপদা কৎচবা ঙমহৌদ্রবদি ইমোমলোই তম্ফা ব্রাঙমলোইনা হোয়য়ারবসু ঐনা য়ারোই পানথিংলকই পাওদমউ য়াথংবীরকপনি।

খাবা এলাংবা - ইয়াম্বখোয়, ফম্নায়বা : ইপন-পন্থৌ য়াইফবা পুন্সি তোলোয়না লৈঙম্বা, পীনবীরকপা য়াথংদো ফীগাও শানা নিজরি। থৌজান হৈরবা, কুবীহৈবা ইপন-পন্থৌনী। শরি ব্রাশক কায়ঙমদ্রবা, লাইনিংথৌ লুরেনথক্তা থোনগৎপীরকপা য়াথংতবু হিতোক্লরোই।

এলাংবা - (পীরাং পীরেরাইননা, খোইরাং খোইশাওনা, ময়াম্বা শক্লবা ফম্নায়বশিংদা ইকায় নুংশি য়াম্না, মিৎয়েং কারন চন্দনা) 'লংজবা খিবিক ঙাকপীয়ু, চানবীহৈবা লাইনিংথৌগী য়াথংতবু ঙাকচগে মালেম

লৈদা তাহনজরোই, লুরেন থক্তা থোঞ্জরে ..। খোইখা-
লিনখা থাবীদনা লাইনিংথৌগী য়াৱাবু হোয়াজরগে।

লাইনিংথৌ ফম্নায়বশিং মিৎলু পীরাং পীরোইননা লোম্না তৈথোক হৈরাং শুজবগা খাবা এলাংবগী খংঙমদ্রবা মৈচাক, থম্মোইদা খোই মহুমদা চৈনা থিনবগুম্না হৈরাংগী ৱাখন্দা মঙাক্লরে। ৱাজবা, নুংনাংবা পুম্বা উরবদগী য়াৱা কমজাও হুম্না তেমশিংন্দনা খাংই। তম্বা নুপা অমনা চিবোল চিবোন ৱাতান্নে। য়ানরক্লদুনা ইম্মোমগী পাওদু পাওদমলকই।

তম্বা নুপা অমনা - মচা ইবুংঙো, ইবেম্মা তম্ফানা ফম্নাইবা ঐঙোনদা নাপা চিক্না পাওমেনজরকই। তম্ফা ৱাঙমলোই ঐবু তালোইশিংদা চনবীনিংবা অপাম নুংশি লময়ৌরবদি থেংবা, ঙনবা খায়ররোই। ইপন-পন্থৌ ইপানা কোরৌনা মমদ্রিঙৈদা য়াথংবীরকলবসু হৈলাং লৈরাংবু হৈখল, লৈখলনা শুরবদি ইনুং লৈনা ঙানদ্রিঙৈ কাইরে য়েনবানা য়েংখোন তমদ্রিঙৈ নশাগী ইকাদা খোংহায়রক্লুনা হৈজিং খরাই, লৈরোং লাইদা কৎপগুম থেল্লরবদি লৌজবা ঙমগনি। পলেম-পন্থৌ ইপাগী স্না নাক্তা থেনবীরগনু পাওমেনজরকই। ইনুং লৈনা ঙান, ক্বাককী লানপাও চেনলকপা, চরোইনা তে-তু খোংলকপা খোইয়ুম লাই, নমু পোংনা তাইবং শিন্থা পাংনরক্লবা, য়াৱা খোঞ্জেলনা পাওথাং য়ৈরবদি হৈজিং খরাই লৌররোই, অপাম-নুংশি ৱাইথুংনরোই। হন্দক মপোক লাংওনদসু উবা ফংলরোই। অসুম্না মচা ইবুংঙো পুমেন পাওমেনবিরকই।

ব্রহে ব্রাতা খাবা এলাংবা উয়ানথাবা ফম্নায়বগীশিংগা উয়ান চাকতিন্নবগুম্না ঙাইহাক পুঙ্গোয় লৈমিন্নরম্বদগী মশাগী শিন্থা লোয়রদুনা কাইনরে।

খাবা এলাংবা - চনু নিঙোল তম্ফাগী খোইথুম্নরবা য়াব্রা তাজবদা খাবা এলাংবা ঐগী উনবীনুংসে অশাও খাম্বী মৈব্রাইরম্বদু ওলাংথাগী কোরৌ মৈশাদা লোক্তাক, পুমলেন পাৎকী নাম্মীবা নুংশিৎনা অরেপ্পা লৈতনা য়েরকপদা লৈরাংগী লৈনমগা লোয়নরক্লুনা হুমলকপগী লাইজ ইরিক্না য়েরকপগুম্না তেকখৎলম্মী।

তম্বা নুপা অহুম - মচা ইবু ংঙো, থরৈ নরমদগী মীয়াম পুম্নমা চকপী উচান মৈরা পাইদুনা হৈখোং লৈখোং চংদুনা হৈরাং ফংনবা থিহৌরি। কোরৌনা মমখ্রবসু নোংনবু ঙানদ্রবদি লাইনিংথৌ উয়ানথাবনা লৌদ্রবসু মমোমলোই তম্ফানা হৈজিং খরাই শোইনদা লৌজগনি, ব্রাইথুংনজগনি তাকপীরকই।

খাবা এলাংবা - ইয়াম্বা, ইবেম্মা তম্ফা ব্রাঙমলোইদি ঙসি ইনুংবু ঙানদ্রিঙৈদা হৈরাং হৈশিং শুরবা লৈরাং লৈশিং শুনবা হোৎনজরগে, কাইরৈ য়েন্না য়েনখোং তম, ইনুং লৈনা ঙানখ্রবদি ...। লৌজররোই য়াথংবীরকপগীদমক উনবী পুক্লিংসে লৈতাজরকলে।

নোংদম্বনা তম্বীরমদবনি, মকুম-মথাসু নত্তবা হৈরাংনা হৈপানবা লৈশাৎ তম্বা মতমদা হৈদা হৈপানদবসিবু করম্বা

কুমনো ? ইয়াম্বখোয়না ঐগী অৱাবা থোক্লিবসে খোয়ুম লাইয়ামসে মিয়েং তাবীরবনিনা তম্বীয়ুকো লাইনিংথৌ ইপন পম্থৌদা। ইশাবী ইঙায় মচাসু নাপা চিক্লা লিবীয়ু। ঙাইবগী ঙাইবা ঙসি কোরৌ নোংমসিদদি ...।

উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী তম্বা নুপা মঙাদু খোঙশানখরে, এলাংবা লাংতক্লনা লৈহৌই, কোরৌসু মমশিনখরে, হৈরাং লৈরাং থিবদি হলৱাইলক্লি । অৱা হুইশাওনবগী হুমাং ইরিক্লা নিংথমগী উলেম্না উনা ৱানাদা নপ্পগুম উরক্লে। খাবা এলাংবা মখুক্তা তিমেন তা, মখ্বাংদা কজেং থাংশাং য়ান, মরু লুক্লা চরামনরবা নোংশাগুম্না হৈরাং থিবা খোংশানখীবশিং হলৱাইরকপা ঙাইরি। মনাক্তা লৈরিবা অঙম্বা ফম্নাইবশিং তঙাইফদনা লোয়নরিবা, - হৈরুংহনবা, অরাংপুরেন অনিসু চংশিন্দুনা ফমল্লি। করি থোকলগদবা মীপাইনরে। চীংগী লম্বীদা চীংচেপ্তা হৈজিং খরাই পুবী, পুদবা কয়া অমা লৈবদু অৱা হুইশোক লাং, ইকাই ফুরুপ খুম করিবু থোক্লগবা উনবীনুংদা লাংতক্লনা খন্নখি। খাবা এলাংবসু মরু লুক্লা মমিৎ ইরা চেন, মখুৎ মশা থেক খম্বী মৈ মুক্তিবা মৈরিগুম্না ৱামৈ চাকপগুম্না য়াৱা খোঞ্জেল থোক্ল া হায়রকই।

খাবা এলাংবা - ঙসি কোরৌ নোংজাদা তম্বা নুপা মঙানা হৈরাং থিবা চংখিবা, থিবা ফংলক্রুবদি খাবা ইতিক খঙহনগে। তিমেন তাসিনা নময়ানদা চিং চিংদুনা খোঙলোয়নগে শরিশো।

হৈরুংহনবা - (মখোল ফাইরদুনা শমু হকচাং নিল্লা) হনু মালৈ কারক্লবা, তুগী লম্বীনা তেনলবা ননাই হৈরুংহনবদি অহল মতম ওইরকলবনিনা কোরৌনা অমম লোক্তা য়াতাখরে। অমম্বা চরৈ থোংদ্রিবঙে মোংবা ইরাংয়াইদা খোঙশানজরগে হায়ববু ....।

খাবা এলাংবা - ইপুখোয় ঙসি কোরৌ নোংমসিমদি থমং ঐগী শঙ্গায় পলাম্না নোংমা ঙরাংয়াইদা হনবা য়াখিরোই, ব্রায়েন চৈরাক পীদুনা মরাম্না মপোৎ ফারবশিংবু ইকাই ফিরুপ খুম্না তরা খাদা পুনেমজগনি।

লৈরাংবা - মচা ইবুংঙো কমলাক কুরু কারবা, পঙ্গল ময়েং তারবা, ফম্নাইবা মমিংতা ঙাইরবা নপুখোয়না লৈবাক্কী নিংবা থুংহনবদি ওইথোক্ললোই। ঙসি ওইরিবা থৌদোকসে অমুক হনক্লরোই।

খাবা এলাংবা - ইপুখোয়না তম্ফা ব্রাঙমলোইবু ঐগী ফংজবা হায়বসে লাইনা থাবনি ইপুন্সিগী য়াইফ থৌজাল ফংজরবদা হৈরাং অমগীদমক থুংনদবা হায়বগে মালেম পুম্বগী লৈময়েলপুংসিদা থোকখিদ্রি। ইহাকথক্তা থোকখিবনি ব্রারীনহৌগনিদা ...।

হৈরুংহনবা - মচা ইবুংঙো, কুমওন য়ামলে, কোরৌ শিংবুম থিঙমদরে। লৈময়োন পুংন্দা অহানবা, সনারিক মপান থাবা লম লাইগী লৈপাক লাইরৈপাকসিদা থোক্লরোইদবা থৌওংনিদো।

খাবা এলাংবা - নশু এলাংবগী লব্রায় তাংজ লুরেনথকসিদা ননথক্লিবা তেংপানবগী হক্লবা পোৎলুমদগী হেল্লবা চৈরাকসিবু অচম্বা লাইনদি ওইরলোই। মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা খাবা ঐবু লাক্ল বনি। ঐ তম্ফা ব্রাঙমলোইগী য়াব্রা ঙাকপা ঙমদনা পুন্সি পন্দোম লোম্না লৈহৌবা তারনিদো।

তম্বা নুপা মঙা খোঙহাইরক্লুনা খাবা এলাংবগী মগায়দা য়োরক্লে, অমনা অমদা তম্নবা হন্না-হন্না তক্লরমই। উচান মৈরাগী মঙালদা হুমাং নাকচি কানা তম্বা অমনা হৈরাং থিবা ফংলক্লবদা পাওদমজরকই।

তম্বা নুপা অমা - মচা ইবুংঙো, হৈরাং থিবা ফংঙমজবা লৈতরে। চীংবুরোই তম্বুরোই থুংজরুরে হৈপালদা হৈক্রু অমত্তা পানদরে, হৈমি অমত্তা তমদরে, হৈরাং অমতা পানলমদে হৈরাংগী লৈরাং শাৎফম পোকলমদরে, উপায় লৈজদ্রবা ঙম্নমক খোঙশানলকলগনি।

খাবা এলাংবা - কোরৌ নুমিৎ শিংবুং কয়ানি লাইনিংথৌ উয়ানথাবা ব্রাংবন পাজুম্বগী মকায়দা হৈজিং খরাংই পুদুনা তম্ফা ব্রাঙমলোয়বু তালোই শিংদা চন্নবা হোয়ানখিবা হৈরম তরেৎ, লৈনম তরেৎ শুদ্রবদি হোয়াবা ঙল্লোই শরি ব্রাশকনখিববু হৈক্রু অমা ব্রাৎপগীদমক মাংজহৌবা তারবা ...।

পুন্নমক হৈরুংহনবা নখোয়না নথৌ মশক খঙদবা শিন্থা মপুং ফানা পাঙথোকহৌদবগী থোকখিবনিদো। ঙসি নোংলেন্না ইনুং নোংঙানখ্রবদি হৈজিং খরাই লৌররোই এলাংবা ঐ অমং য়াইথোং কুমখিবনা ফরকলনি খনলক্লে।

মনাক্তা য়ুংলিবা তিমেন তা, মমিৎতা উবা অশিন অরাং, ফম্নাইবা কয়া তিমেন তানা তাখোক তানিং ওন-ওনদুনা ফুরক্লে। কায়-কায়দুনা চেনবা হৌনরক্লে।

হৈরুংহনবা - পায়বা পুক্লিং তয়াং তশোয়বীরবরা মচা ইবুংঙো, ফংদবা, পান্দবা হৈপাল লৈপালসে ঐখোয়না শেন্বা নত্তেদো। মহৌশা কৌবী খোইমোম লাইরেম্বীনা শেমজবনি। পানলমদ্রবদা করিনো ননায় ঐখোয়না তৌগদবা। অশাও-খাম্বী মৈমুৎপীয়ু মপু মাগী নোংদম-নোংখাইননি পুন্নমক অম্মম অঙান খাইবীরিবা চিংঙু শিদবগী কুম্মৈনি। কুম্মৈ মপুং ফানবা ঐখোয়না শরুক য়াজবনি, ব্রাখল লৈতাবিগনিদো মচা ইবুংঙো।

খাবা এলাংবা - ইপু চুমই, অসি য়ৌনা হোৎনবা করিদা লৈরিবগে (শাওনা শিদবা মপুদা ব্রাকৎচদুনা) হা-হা-হা ... ঙসি কোরৌ নোংদগী হৈপাল লৈপাল ঙম্ন মক য়ানথৎলু, খাবা এলাংবা ঐনা য়ারি। চীংলৈপাক অসি তেমখাইয়ু মরু ফংনা ফুকতৎকদবনি, হৈপাল লৈপাল ঙম্নমক। খাবা এলাংবা ঐসু কংলবা তালা পামেলগুম্না থমং ইখুলশিদা লেপকং কংলবা পামেলগুম্না হৌজহৌরসনু।

খোংফম লৈংদনা লৈরিবী হৈজিং খরাই পুরিবী ঙম্ন মক মফমদুদা ফমদুনা লৈরি। হৈরাং হৈক্রু থিবা ফংদ্রবদা অরেম্বা ওইরে। ঙালমবদগী অমমবদা অশুম অশুম মমশিনলক্লুনা অঙানবসু উবা ফংখিদরে। থক্তা থোকপা থৱানমিচাক নিংথৌ তুরেলনা নোংপোক-নোংচুপ খায়না উরি। শিৎলম্বা নুংশিৎ লেপখিবগুম্না তৌরে। উন ৱাইমুক চিক্লবা ইংলবা পাৎচাও-মানজাও, লোইবী চিংশাংদগী হুমলকপা ওইদুনসু খাবা এলাংবগী মফমদদি মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীগী কাঙলোন থুংখিদরে। মতমনা ঙায়বীরমদবা লৈপ্পা লৈতনা চংশিনলকপনা অহিং নোংয়াই চবুক নোংয়াইদগী অহিং মমৈ ওইরক্লে, এলাংবা পাইমা পুক্লিং লাংতক্লনা অশাও খাম্বী মৈৱাইনা খুৎশু তুমেন পায়দুনা লোইবী চীংলোন কানা ইবেম্মগী য়াৱা অমতং লৌরগা হৈরম শুদ্রবসু হৈজিং খরাই পুরক্কে হৈজিং ওকপিয়ু হায়জরুরগে খনলক্লে। খন্না খন্না শামু খোঙ খোংথাং ইহুন তমঙমদরে। লুদা চংলবা লৈমলৈগুম, লাংদা থুরবা তাংজ লিংগুম, মিরাংদা থুরবা খোয়গুম্না অরেং অরেং লাকশিনখরে। তম্ফা ৱাঙমলোয়গী ৱাখলদা নুংশি হৈনা তুংইনজরুবা মীৎকুপ খুদিংগী কোরৌগী মঙালদা অয়ুক্কী লীক্লাগুম্না ওইখরে।

হৈজিং খরাই পুবী, চীংঙু লাইয়াম, খুঞ্জা নমু পোং খিবিক্লা হৈরম লৈরম শুদ্রবসু ইনুং লৈনা নোঙানদ্রিঙৈ, কাইরৈ য়েন্না য়েনখোং তমদ্রিঙৈ ইবেম্মগী মকাদা হায়জদুনা খাবা এলাংবগী তওৎ চাম্মা, তমঙ চাম্মাসি লৌশিনবীয়ু

হায়জরুসি হায়দুনা খোঙশানখি। খাবা এলাংবা য়ানিংদা য়ানিংদনা তম্ফা ৱাঙমলোয়বু পামজবা নুংশিজমনখিবনা পন্থবা তৌদনা ইবেম্মগা উনজরগা শরি ৱাশক্কা কায়নখ্রবসু অমুক্তং নোংদমবিনবা খনলুবদগী হৈজিং খরাই পুবিশিংদা য়াংদৌ লম্বীদা পোৎথাহনলগা মদোম খোঙশানহনখরে।

## তরেৎশুবা তাঙ্কক
## (৭)

লমলেন,

উয়ানথাবা লাইনিংথৌগী লমখৈনি। লোইবী চীংশাং নাপোম্না তুমপক-তুমপক থা মচেৎ শানা চঙখোনলবী, থাজমানবী নিনমাংগুম্না চনু নিঙোলগী পীশুমগুম্না উরীবা, নাক-য়েৎতা তু-খোং, পাৎচাও-মানজাও কয়ানা লৈতেংলিবা লমলেন লমনুংশি থাঙ্গা ব্রাংঙুগী লমলেন পনখৈদনি।

ব্রাংলেন পুংজা, - অমমম-অঙান শিন্নগদবগী অমম্বা লাইরেম্বীনা অমুবা ফিজেৎপু লৌথোকপা হৌরকপা কায়রে য়েনবা লাবনা ইনুং ঙানগদৌরে, ইনুং সোরা তৈরকলে খংলদুনা কে.কে.কে খোংলকলে। চীংখৈ পানফবা নোংপোক নিংথৌগী মায়কৈদা ঙা-ঙ্গানরবা মচু তরেৎনা সনাগী ইথক হৌবগুম্না নোংপোক মায়কৈ ঙানলক্লে। লোইবী চীংশাং নাপোমদি লৈচিন নোংফাইনা অঙৌবা ফিরাংজী ফৌবগুম্না, অঙৌবা কুন্দো পরেংনা চীংদোনগী পরেংদো হুকপগুম্না নিংথিজখরে। চীংনুংগী তম্না নুংশিবী, চেক্লা চাদি শকলোৎপী খোন্থাংনা তাম্না তাম্না খোংজরকপা চেক্লা মাগী খোন্থাংনা খোইয়ুম ওইবা কয়াদি লাইরদুনা মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী ফাওবা উনবী পুক্লিং তে, অপাম-নুংশি মৈব্রায়রক

মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনা মহৌশাবু অমুক নিংশিংলক অঙানবগী থোংজাও নাতৈ কাং, খোইমোম লাইরেম্বীনা ইলগী ইলি চীংবুগুম শোনগৎখরে।

ইবেম্মা তম্ফা লাইরেম্বী নিঙোল কাদগী মপোক লাংওন শিংতেক শিংথাবা কোরৌ নুমিৎ শুরদুনা মপাল লাংদা মপন পন্থৌগী থোংজাও নাতৈ কাংলদুনা খোংহায়রকই। ইনুং ঙানখ্রবদি পলেম পন্থৌনা নিঙোল লিচৎ চুমদবীনি পায়মা নুংদা তেমশিংনখিনি। চনু নিঙোল ঐগী পায়মা পুক্লিং য়াৱাসে এলাংবা মকাদা নিঙোল ফিগৈ শেংলমগে খন্না মদোম অয়াং লমহৌরকই।

খাবা এলাংবসু মবেম্মা চনু নিঙোল তম্ফাগী য়াৱা মপাও তাজনিং হৈজিং-খরাই লৌবীদ্রবসু নুংশি ব্রাইথুংনবা, কোরৌ নোংমা, নোংদম্বীরকলবদি পোকচমন মহৈ য়ালে খন্না খোইয়ুম লাইয়ামদা পুমেন-পাওমেঞ্জরগা হন্দক মপোক্কী ইমঙ ওইজগে খঞ্জদুনা পন্থদবা তৌদনা ইনুং লৈনা ঙানদ্রিঙৈ তম্ফা ব্রাংঙমলোইগী মরানয়াই তম্না খোংহায়রকপদু ইবেম্মাগা লমাখাংদা থেংনররে।

ইবেম্মা তম্ফা ব্রাঙমলোয় খাবা এলাংববু তাম্না উই। মাগী লমকেৎ-লমহেনবা শাওং শাদদু উবদা খোইশাওনৈ। খাবাসু হুমাং ইরিক কা, ইবেম্মাগী ব্রাখনদি লৈতাদা শাকপ তোয়বা চেক্লাগুম্না পায়রক্লে। খাবা এলাংবা খংহৌদনা মিৎস্না লাকাদা স্নাগী ইথক হৌরবা, লুপাগী মহি চেল্লবা চুমথাংগী মশেক মঙানগুম্না চীংশাংগী য়াংদৌ লম্বীদা ঙাম্থোয়রকপা

ঙানলকলিবা মঙালদুগী মরক্তগী তম্ফা ব্রাঙমলোয় লাইরেম্বী চনু নিঙোল কয়াগা শফোংলকপা উরক্লে। খাবানা খল্লি-হি! করিনো, করি মতৌনো অশুক ফজথোইরবী চনু নিঙোল মতারোয় কয়াগা ইবেম্মা তম্ফানা মাং থারদুনা ইনুং ঙালমদায়সিদা খোংহায়রকলিবসিবো ...। মিকুপ অমদা তম্ফা মদোম খোংশানলকপা উরকলে। পায়মা পুক্লিংদা কিশি কি, ইবেম্মা তম্ফাবু মাগী ওইজনিংবগী ব্রাখন্না ওমচাক্লা মখুক্তা পায়রীবা তিমেন তাদু মালেম নৈদা য়ুং, মখ্বাংদা শেৎলিবা চরৈদু লৌথোক হায়জনিংবা ইকায় ফিরুক খুম য়াওব্রাদু কাংলকই।

খাবা এলাংবা - শাবী ইবেম্মা নুংশিবী, খোইয়ুম ঐগীদি ইমঙ ওইগে মঙকৎ তমজখিবা। হৈজিং খরাই পুজবদা হৈরাং হৈশুদবদগীদমক ইবেম্মাগী শরি ব্রাশক পনদোল লোমখ্রবসু খাবা ঐগী ব্রাশকসিমদি ঙাকপীদুনা হন্দক মপোক্কী ইমঙ ওইমিন্নসি হায়ববু ...., ইবেম্মাগী পায়মা পুক্লিংনা ...।

তম্ফা - খাবা এলাংবা, চনু নিঙোল তম্ফা ঐগীদি হায়নখিবা য়াব্রানা অরেপ্পনি। নিঙোল ফিগৈ শেংজখিবা কোরৌ নুমিৎ য়ামখরে। ইপল পম্থৌনা য়াদ্রবসু নং ঐগীদমক য়েংবীদুনা কায়রৈ য়েনখাং তমদ্রিঙৈ ইনুং-নৈনা ঙান্দ্রিঙৈদা হৈরাং হৈশুরবদি, হৈজিং খরাই লৌগনি হায়জখিবনা নিঙোল কাদা ঙায়রম্বদগী ইখোং থোংনা নিঙোলবু চৎহাৎ হাৎপগী

তেমশিংনবগীদমক পুমেন-পাওমেন্নবা লাক্লীবনি।

খাবা এলাংবা - (লব্রাই লুতোন শাৎখরে) হৈজিং অমা ব্রাৎপগীদমক ... ইবেম্মনা ...।

তম্ফা - এলাংবা, হন্দক মপোক্লীদি খল্লুরনু ...। চনু নিঙোল মান্নবা, লেংমান্নবী, ইমান্নবী কয়াগী মমাংদা ঐবু খোংগোয়নবা ইপল-পন্থৌগী পাথৌ মমান্নবা, খোইয়ুম লাইয়ামগী মমাংদা ইকায়-ফিরুপ খুম্নখিবা করম্বা ব্রাংলেন্দা কাওঙমগনি।

ইপন-পন্থৌনা পারী ফুইদবা, তম্ফা ইমোম শাৎচবসিদা নংনা লাকচখিবনি। হন্দক্লী থৌরমসি খাবা কাওজ মমল হলহনবা, খোইয়ুম লাইয়াম মমাংদা খোংগোয়নবা য়াবনি। মদুমক্তি চনু নিঙোল তম্ফানা খল্লুদরে।

খাবা এলাংবা - ইবেম্মা তম্ফা, চনু নিঙোলগী মপোকুম্না ঐসু খোইয়ুম লাইয়ামগী মমাংদা তুংগী চারোন, শুরোন, কয়া কয়াদা অসুম্না ব্রারীনহৌরগনি। 'ইবেম্মা তম্ফাবু হৈজিং অমা ব্রাৎপদগী নুংশি ব্রাইথুংনবা ঙমখিদরে ...। মালেম লৈকোয় পুংদা শোম্নহৌরনি। ইবেম্মনা চানবীদুনা ইনুং-ঙাদ্রিঙৈদা নোংদম্বীয়ুদো ... অশাও পরৈ থাদোকপীয়ুদো।

তম্ফা - এলাংবা, চনু নিঙোল তম্ফাদি পায়মা পুক্নিং অনি লোংজদে, লৈতোন অনি লোংজদে। শারি-ব্রাশক ঙাকনা শিন্নায়পুংদা ইতারোয় কয়াগা

শিনকায়রকই। কায়রৈ য়েনখোং তমখরে, ইনুং লৈনা ঙানখিদৌরে, - খাবা এলাংবা নাকাদা নিঙোল ফিগৈ শেংনা ব্রাগী নাতৈ কাং, অপাম নুংশি তেমশিংনবা থাদোকপীয়ু হায়জবা লাকচরীবনি।

খাবা এলাংবা - ইবেম্মা, তম্ফা ব্রাঙমলোই, ইনুং ঙানখিগদৌরে, কায়রৈ য়েনখোংসু তমখরে। চনু নিঙোলগী ব্রাশকসু পন্দোন লোমখরে। ঐবু লোইরং শিংখোং ওইনা উবীরবসু পায়মা পুক্লিংনা কিশি থোকপীদুনা নোংদমবীগনিদো ...। হন্দক মপোকসি ইবেম্মনা নোংদম্বীরবদি মপোক লাংওন খুদিংদা পোকচমন মহে য়ানবা ওইজগে হায়ববু ....?

তম্ফা - মরৈ পুংদা ননিংতৌনা হাই হুম্না পাঞ্জবা, লমকেৎ-লমহেনবা খাবা এলাংবা, পামদ পামদা ইপল-পন্থৌ, পলেম-ইমাগী শরি ব্রাশক্না হোইয়াখিবনি। হৈগী হৈরম শুদ্রবদি হৈজিং খরাই লৌদবা, নরান য়ুমতমদবা, য়ুমলেপ চারা তম্নদবা নমঙ ইমঙ ওইন্দবা লেপখিদো।। ঙসি কোরৌ নোংসি নোংলেনখ্রবদি ব্রাশক পরৈ কায়ফদে সমু খোংদোয় হুঞ্জখরো হৈ ...।

খাবা এলাংবা - (ইবেম্মগী য়াব্রা তার-তারগা খোইশাওনবনা লাঙ্গোয় চল্লবা খাবনি) চনু নিঙোল তম্ফা ... তম্ফা নংবু খাবগী তালোইশিংদা চনবদা, পাথৌ শামান্নবা, লেংমান্নবা খোইয়ুম কনানা থিংঙমগনি?

লেংমাম্নবী নতারোয় কনানা লৈখোক্তগী লৈহেক্লগা নাপদা চিঞ্জবদা চীংঙু খোইয়ুমনা থিংঙমগদ্রা?

তম্ফ - খাবা এলাংবা কাওজিন থিবা মপেক্না খোইয়ুম তময়ুম মপোক্তা পোক্লবা, মপোক লাংওন খংজদবা নংগুম্বনসু ঐবু লাকচ খুদুম চনবদি হন্দক মপোক্কী খল্লুরনু।।

খাবা - হা .. হা ... হা ..., তম্ফা ব্রাঙমলোই খাবা এলাংবা ঐবু নংগী চরৈ ফিজেৎ ওইনা মিৎয়েং তারিবরা ? লৈরাং লৈখোক লোই, লৈমন চন্না লৈথেৎনিংদবগী ব্রানী, ব্রাগী ব্রাতায়নবনিদো ...। থৌদু নুংগুম্না অদুক থম্মোয় কনবদি ... চনু নিঙোল করি মপোকপু কৌবগে ?

তম্ফা - লাংওন মপোক অমদা এলাংবা নহাক্না শজি শরোৎ ওন্দুনা লৈরিঙৈদা ঐনা ইশাবী অকোংজাম্বগা শেৎন কায়নরক্লবদা লোইমোম ফৌ পুথোক্লুনা, ফৌকৌরোননচিংবা পাংথোক্লম্নগা ইথায় চিংজিন্দা ইরাংনগে খন্না লাকপদা নহাক্না অরুবদা অথেনবনি হায়না ইরাকনহনখিবা ... নংনা ঐগী লোইরং-শিংগোং ওইখিবা নৎত্রা ?

খাবা - তম্ফা, নহাল মপোক্তা এলাংবা ঐনা শজি শারোৎওন্দুনা নংবু ইরাকনহনখিবা । মপোক অমগী ব্রাবু মপোক অসিদা খোমলেন মঙগুম্না মঙফাওনহল্লিবা ...।

তম্ফা - (খোংনেৎনরবী তংজ লিন অমোগুম্না)

এলাংবা, নশানা নশাগী মপোক খংজদবা, নরমচৎনা নবেম্মা ঐবু ফংঙমদরেদো। ব্রাঙমলোয় তম্ফা ফৌওইবী ঐদি মপোক লাংওন লোইদরি, তাইবংগী অপাম নুংশি খোংদাবা য়াদ্রিদো ...। চীংঙু সিদবা মপুগী য়াথং পন্দোম লোমদ্রি, হয়েং তুংগী চারোন-শুরোন, মোনু তাইবং থব্রায় কয়াগী থুমখোং হাং, য়েন্নৌ য়েনশাং অশংবা, অমুনবা মখল মখেল পুথোক্লমখিনি, খংজহৌ।

তম্ফাগী য়াব্রা তার-তারগা খোইশাওনবনা শুক্লা মন্নবা নোংগী মপৈ-মপৈলক্তা অকি তুংজুংলবা নোংথাংনা খাকপগুম্না মায়কৈ খংদ্রবা নোংলৈ নুংশিৎনা হুন্নকপগুম্না চুথরকপা নোংগুম্না হৈথরক্লে। খাবা এলাংবা তম্ফাবু খুজেং পায়দুনা চিংলগা তালোয় শিংদা চন, খোইয়ুম লাইয়ামগী মমাংদা লৈরোং লাইদা কৎপগুম্না লৈহনলগে খনলক্লে। খাবা এলাংবসু তম্ফা তম্না চংশিনলকই। চনু নিঙোল তম্ফাসু খাবগী পুক্লিং খংলদুনা মিৎকুপ-নাহুম মিৎয়েং থোংদনা কাংদনা লেপলিবীনি।

খাবা - শরি ব্রাশক,-সরি ব্রাশক কায়রবনিনা য়ারৌ শজি ওইরবী শাদানবা ঐগী ইমাংদগী করম্না নানথোক্কনি।

তম্ফা - খাবা এলাংবা খোংফম অমতং লেংদুনা নিঙোলগী শামু হকচাং শোকে হায়না পায়মা নুংদা খন, তাল্লোয়শিংদা চনগে তেমশিংনা পাম্বা কৈরেন

কৈজাওগুম্না শরাক তমগে হোনরবদি শাদানবগী লাংদা থুরবা ময়া কবাক খল্লবা শাগুম্না নদোম য়াইবী থব্রায় মাংগনিদো।

হায়, হায় - খাবা এলাংবা নবেম্মা তম্ফা ব্রাঙমলোয়দি শাইওন, লাংওন য়াম্বীনি। লাইয়োনলৈ তরংবী হায়নসু কৌইদো, পন্থোয়বী লাংওন চঙখোনবীনি, খোইমোম লাইরেম্বীনি, মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীনি। অমম অঙান পুবীনি, চীংঙু সিদবা মপুগী শাখায়নে। ঙসি কোরৌ নোংদগী আ তুংগী চারোন শুরোন, খোইয়ুম লাইয়াম নুমু পোং, তয়ুম মৈরিংবা, ফুঙ্গা নাইনা য়েক সলাই খায়না য়ুমলিং কেরিংবশিংনা নবেম্মা ঐগা নংগা ব্রাথুংনদ্রিবসে করিদগীনো, করম তৌনা থোকখিবনো হায়বগী ব্রারী শিংবুন্না তাইবং য়ুমথোং খুদিং ব্রারীনহৌরসনু।

মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীগী শাইওন লৌ, খোইমোম লাইরেম্বী ইচানা খাবা এলাংবগী মতমবু লোইশিন্দুনা মতমগী লাকানুংদা চরৈ ফিগুম্না থুপচিন্দুনা থম্বগুম্না থুপচন্নখরে। তম্ফা লাইরেম্বীগী য়াব্রা তাবদা খাবা এলাংবা তাউবা হুইগং থাংবগুম্না তেখরে। ইবেম্মা তম্ফাবু মাগী মমিৎতা মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীগুম্না উরকলে। অমুকসু তম্ফাদা, তম্ফা ওইনা লেপ্লরে। মিকুপ অমদনা মশুং মমান্নবী কয়া অমা ওইনা শফোংলকলে। তম্ফাগী তম্ফা ঙাক্তা ওইনা উরক্লে। খাবা এলাংবা অব্রাবগী মথক্তা অব্রাবা, খুল্লুবা খুদিংদা লংলা মাংখ্রবা লংদুমগুম্না ফুমবংনরক্লে। খাবা এলাংবা মশানা মশাবু কাওথোকচরে।

থাবুং থানিলগী থাজনা ইনুং ঙালমদায়দা মপাং কনা য়াওদনা মহৌশা কৌবী লাইরেম্বীগী অতিয়া কৌবা সংবান্নরবা সঙ্গায়দা মুৎলমদায় থাউমৈনা ঙালবগুম্না ঙৌরবা থম্বাল চাম্মানিপানা লৈকা ফন্না শাৎকায়রকপগুম, মুরবা শন্নাংনা হুমনি পানবা থাজগী মকোয়গুম্না মাইথোংদো হায়ফম খংদনা শুমহৎপীনি। ফজবগী মথক্তা ফজবীনা লৈতেংই; তম্ফামুক ফজবী চনু নিঙোল অমা মতমদুদা লৈরম্লরোয় হায়নিংই। লাইদা লাইওইনা লেপরবদা মখুৎশু তিমেন তা, কজেং-থাং খুৎথাখরে।

মশেক মঙালগা লোইননা লাইরেম্বী তম্ফানা মখ্য তানা খাবাদা হাইরকই। থাঙ্গা ব্রাংঙু লৈমলেন্দা ঙসি কোরৌ নোংদগী হৈক্রু হায়বা হৈরাংসে পানদবা ওইরসনু। শাগৈ সলায় তিন্নবদা, খরায় থক্তা লৈরোং লৈপহাপ্না লুহোংবা (পুন্সি লৈপুন) শেম্বদা নুংঙায় য়াহিপ তানফদবা ওইরসনু। হৈরাং লৈরাং শুদবদগী অকায়বা হায়ববু তম্ফাগা ঐগা খাবা এলাংবা নংগা ব্রাইথুংনদ্রিবনি।

খংহঞ্জবা : ঙসিফাওবা ব্রাংঙুদা হৈক্রু কৌবা হৈপালসি হৌরবসু ইমারেল তম্ফা লাইরেম্বীনা খাবাবু পামজদবা, নুংশিজদবা মরমগীদমক হৈরোৎখিবনি। ব্রাংঙুদা হৈক্রু হৌরবসু পানদে হায়নরি।

ঐনা লাইপোক অশেংবা ওইরবা, নংনা ব্রাশক ঙাকচবা ঙমজদবগী মহৈনা ঙসি কোরৌ নোংদগী খাবা এলাংবা নংনা পুজরক্লীবা হৈজিং খরাই ঙম্নমক থৌদু নুং

ওইনা ওনদুনা লোইবী চীংগী য়াংদৌ লম্বীদা লৈহৌরসনুকো। নুমিৎ থানা লৈরিবমখৈ তম্ফা ঐগী ইতিক-ইয়াইবু শোন্নহৌরসনু।

খোংহাই য়াংনা, সমু নমায় লৈদুনা য়েংজরুচো, খোইয়ুম লাইয়াম ঙম্নমক অয়াং লমহৌবা, মোংবা মরানয়াই য়ৌঙন্নরোইদো ...।

য়াব্রা খরসি কাংলম্লগা খ্বাংচেৎ নমখাং কন, খোংলৈ য়াংনা মপল-পন্থৌ মরানয়াই তম্না তম্ফা ব্রাঙমলোয় মশেক মঙানগা লোয়ননা খাবা এলাংবগী মিৎয়েংগী মরুম থুপখরে।

নোংলৈ নুংশিৎনা হুম্বদা লৈচিনগী মপৈ-মপৈনা অঙৌবা ফিজংগুমনা উরক্লে। লোইবী চীংগী য়াংদৌ লম্বীদা লেপ্পা লৈতনা খোংহায়রক্কুনা খাবা এলাংবা অঙকপনা থল্লবা পুন্সিগী কুম্মে ওইবীশিং ঙম্নমক, খোইয়ুম লাইয়ামদো লম্বীগী চিদায়দা থৌদু নুংদুম ওনদুনা লৈরমলে। মওং মতৌ উরুবদগী তম্ফা খোইয়ুম লাইগী মপোকনি খংলক্লদুনা অব্রা হুইশোক লাং শমু হকচাংদো চেংখৈবগুম্না নিকখরে।

খাবা এলাংবা নুংশুক নুংজানা ইবেম্মাগী মতিক ময়াইদু উরুবদগী হদক মপোকসিগী হল্লক্লরোয়দবা চীংঙু লাইগী থৌইনশিদু লাইবক্তা তমলমপনি পায়মা পুক্লিংদা খন, লকানুংদদি থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম মরাংয়াইদা খোইয়ুম ফম্নাইবশিংগা ব্রারী শা-শাদুনা হলব্রাইরকখি। ইবেম্মানা ব্রাথুংনজরন্নবদি থরৈ ইরমদম নুংঙায় য়াইবী মরাং কায়না পালমগদবনি।

# অরোয়বা তাঙ্কক

লমলেন - উয়ানথাবা, লাইনিংথৌগী মশুমাং, থেল্লোংপুং ময়োন্দনি। মপল পম্বৌ অপোকপা, পলেম মমা অপোকপী মাংশোক ফমমেন্দা মমাং থোংজাও পোনা কাং, থোরকপদা মঙায়রি মমোম তম্ফাদি শুমাং থেললোং পুংদা লেপ্তুনা লৈরি।

ব্রাংলেন পুংজা - ইনুং সোরা তৈরক্লে, ক্রাক্কী লানপাউ চেল্লকলে। চীংখৈ পীবারেল য়াইফবসু ফীদুপ হুনকলে। খুমন পুংদা ওংজবী খোইমোম লাইরেম্বীসু খুনবীরোক্তা য়াহিপতুনা স্না সঙ্গায় ফজবা, অহিং লিক্লা তাক্তবা, নুংথিল লিক্লা কংদবা, অহিং থাউমৈ মুৎতবা,নুংথিল থাউমৈ .. অকং তৎচবা, অরাই কংদবা মঙাং মরু সিদবা, য়োই ময়াই লাইরেন তাউদনবা, নুমিৎস্না খোম্মাদোন অতোনবসু খিং-খিং খিংগানা তরংদহীরেল হোল্লদুনা কোরৌ নোংগী শিনশুরকপা খোংকাপ ইহুন তম্বা হৌরক্লে।

লৈমা - হি, ইমোম লাংলেন তম্ফা নৎতবরা ...।
সুমাং থেনলোং পুংসিদা লেপলিবী অসিবো ... (মহৌশা ইমানা মান্নদবা শাওং শাদা ওইনা উরকপা অদুদা ঙকনা য়েংই। খুবাক লাইখন শানা লেপলি।) খোইয়ুম লাইরেম্বী চেংলৌ শকনা লময়ৌব মঙলৈখি। চুমথাং ওইরিবী শুমহৎয়াই পুবী শাওং শাদানি। লৈমা ইমোম চরৈহল, ইপাগী লাংলেন নপল পম্বৌ, পলেম

নমাবু লক্করিবা করিগীনো ... সঙ্গায়নুংদা পুমেন পাউমেনসে ...। চনু নিঙোল মপোক্কনি, হৈজিং খরাই পুরকপা ঙমজদ্রবা এলাংবা মকাদা করিগী ব্রাইথুংজরুগনি। ইমোমগী করি ব্রাৎলিবগে ? য়াব্রাদি মকা লাম্নদে। উয়ানথাবা লাইনিংথৌ, লৈমা উনবীনুংদা খল্লি তিল্লাং য়োৎথনা, অমুকসু ঙক্লা য়েংজে, ইমোম লাংলেন নত্তবরা ওস্থোকনসু চঙখোনখরে। মহৌশাগা ইমান মান্নদবী শাওং শাদাবু ওইরে। করি মতৌনো .... চীংঙু সিদবা, অপোকপা মপু ঙম্নমকসে ইবুংঙোগী কুম্মৈনি, ইবুংঙোদবু নিংজখিবী ইমোমনে ...। ঙসি কোরৌ নোংজাসিদা করম্বা নোংদম অমা, .............. ?

উয়ানথাবা লাইনিংথৌ - লাংলেন চরৈহল, করি মতৌনে ইবেম্মা ..। নপল পন্থৌনা শরি নামুংদনবা পাথৌ মশেন ব্রাশকখিবা চনু নিঙোল ইমোমবু মরান য়ুমদমহননিংলুবদগী থোকখিবা ঙাক্তনি। ঙম্নমক নপল পন্থৌনা ওইহনখিবনি, ইমোমদি লানদবনি। ইমোম্না য়াথং ঙাকপদগী ইপানা পোকচমন মহৈ য়ানজবনি। ইমোমলোই তম্ফানা, কুমজা-কুমশিং য়াম্নকলে নপল পন্থৌগী শিম্নায়পুংসিদা চনু নিঙোল নংনা নতারোয় কয়াগা শিনশুবা । মপু স্না য়াথংনে, ইমোম্না থাঙ্গ ব্রাংঙু লমলেনদা খুন্থোকলমদ্রবদি নপল পন্থৌদি করিবু ওইগনি।

নুংশিরবা হৈনম-লৈনম, লিরি হুম্বা মালংবনা অয়ুক্কী ৱাংলেন পুংজাদা শিন-থুংনা খোংদোয়রুগা মবেম্মা তম্ফানা নোংলেনলিবী মপল পাথৌগী মশায়গোলনুংদা লাইরেনবী মতিক ময়াই ফুদোরক্কুনা মহৌশাগা মানদ্রবা লমলেনদু ওইহলকলে। পারবা লৈচিন মপৈ-মপৈনা উপাল ৱাপল উরক্তুরে। অয়ুক্কী লিক্লনা শিন্থরকলে তপ-তপ, পোম্বী চেক্ল কয়ানা ইনুংঙাল্লে হায়দুনা য়াকায়রোনবু শক্লকলে। চিংঙু খোইয়ুম নমুপোংহনবা কয়াসু তেংবানবগী মপুবু খুরুম লৈপায়নখরে। ৱাংঙু লম লেন লমনুংশি, ঙসি কোরৌ নোংজাদি ৱাংঙু লমদম লমনুংসিদে থাজ নৌহৌনবা হায়বদু ওইরদুনা চিংঙু খোইয়ুম য়ুমথোংয়েনা নুংশিবা লৈনম্না লৈরাং খুজোক-খুজোক চাইবগুম্না তৌখরে। লৈচিল না কুপথ্রবা তরং নোংমদোন, তেংপানবসু উখ্রিদবা মতমনি। অদুমওইনমক তম্ফা ইবেম্মানা লৈপলিবা শুমমাং থেনলোং পুং অদুদি লাইরৈবাক্কী লৈকোনগুম্না ঙাম্থোয়রী।

পালেম মমানা মমোম লাংলেনগী মনাক্তা সমু খুজেং পায়দুনা মপল পম্থৌগী মোংবা মরানয়াই পুশিনগে খন্না খোংকাপ ইহুন তমদুনা চংশিনলি। পলেম মমা অপোকপী লৈমনা মমোম লাংলেনগী তনৌরবী মখুৎ পায়গে নিংলদুনা নকশিল্লুবা অদুদা মমোমলোই তম্ফানা হন্দক মপোক্কী লোইরবী উয়ান চাকতিম্নরীবী পলেম নত্তনা পলেম শকপী, পম্থৌ নত্তনা পম্থৌ ওইজরুবা খংজবা, উজবা ঙমজদবী অনিবু মাংলমচৎ তুৎলমচৎকী শাংলবা য়াংদৌ লম্বীদা

লমহৌননা পুমনে পাওমেনহৌদ্রবদি অনৌবা মপোক লাংওন অমদা করম্না তম্ফা লাইরেম্বীনা নাওকোনবীরীবী, নাওয়োকপীরীবী পলেম পন্থৌবু কায়নবা ঙমগনি। মপুনা পীবা ৱাংলেন পুংজা মতমদু য়ৌরক্লদুনা য়াইফ ইহুন তন্নকলে।

তম্ফা লাইরেম্বী - পলেম, ইমা অপোকপী নমোম তম্ফাবু করি ওইরসিগে? ঙসি কোরৌ নোংদগী উয়ান চাকতিন্নবা লোইরেদো। খোইয়ুম লাইগী, পোকলেন পোকপা শাৎলেন শাৎপা মপু ইবুংঙো তাইবং খোইয়ুম নোংখায়বীরীবা ইবুংঙোগী য়াথংনে।

নহাল নোংবু, নোংদম-নোংখায়বীবা মপুনা হান্না শেম্বা, কোন্না লোয়বা মালেম পুম্বগী লৈমায়োনদা শিন্থাবীরকপনি। ইপল-পন্থৌ, পাথৌ লেংমান্নবা খাবা এলাংবগী অপোকপগা, চীংঙু অপোকপা লাইদা পারী মমোম ফুইদবগী নিজদুনা নমোমনা পলেম ইমাদা পনদুনা তাইবং কুম্মৈ শিনকুম্লকপনি। মপোক লাংওন লোইদ্রি, মপুগী শিনাই লাংওন শুদ্রি। তাইবঙ অপং কুরাং চন, অশিন হৈবুং চা অপাম নুংশি তেঙ্গা থোংলুবা নহাল মপোক, হন্দক মপোক কাওজিন থিবা ওইরদুনা লমাংনরক্লবদা ইতা খোইয়ুম লাইরেম্বী ইমা পান্থোয়বীনা খোমলেন মঙলান্দা শিন্তাকপীরমদনা খাবাগা ঐগা অপাম নুংশি পস্থুংনখিদবনি, অপোকপী।

পলেম-পন্থৌ য়াৱা হিতোক্লুনা ঙসি কোরৌ ইনুং ঙানদ্রিঙৈ খাবা এলাংবনা হৈজিং-খরায় পুরক্লবা ঙম্লবদি

হোয়য়াগনি পাওথাখিবা। চীংঙুনা শিনবা কুম্মৈনি ঙমখিদরেদো। খাবা এলাংবদা নম্মোমগী ইতিক ইয়াই খংহনলমলেদো। মাগী থোইজৎনবা নাপল, ব্রাংথোইরবা লিচৎনা মরম ওইরদুনা খোইয়ুম লাইদা হৈজিং পোৎশিং থৌদু নংবু ওন্দুনা এলাংবা চীংশাং নাপোম তেংকোৎ শাবী মোকলৈ (মমৈ চীং) চীংশাংদা তুমপক-তুমপক থৌদু নুং ওন দুনা লেহৌরে। চনু নিঙোল ইতিন খংহৌরে।

ইপল-পম্ভৌ, ইমা অপোকপী মসিনসু মদোমদে। নমোম ঐগা খাবা এলাংবগা ব্রায়থুংনদবসি কান্নবা, মহৈদি তেংবান্নবদা পাল্লিবা তাইবংপানবা থব্রায় পানবশিংনা অব্রাবনা খম থেংলবা কুমগী নোং চুদ্রবা, কুম অদুদা কাঙলবা মতম, লাইজ ঈশিং, ফংদবগী অব্রা-অনা নংলবা, ইকং থোরক্লবদা খাবা এলাংব চীং তেঙ্গোৎ শাবীদগী নুংলৌরগা নমোমগী লাইকোন্দা চীং ওইরিবা নংফৌ চীংগী চিংখোংদা তুরেনসিদা থৌদু নুংদু ঈতিংলবদি তাদবা নোং চুগনিদো। খাবনা ঐবু পামজবা, নুংশিজবা, ওইজনিংবা তিলাং য়োৎনা চাক্লা খাংবগী মহৈননিকো।

পলেম অপোকপী নমোম তম্ফাদি ইপল পম্ভৌগী মোংবা শঙ্গায় য়ুমচংবা য়াদরে। মপোক লাংওন লোইদরী লোইনু থুমখোং থুমশুংনা তেংবানবদা লৈরিবা থব্রায় পানবা কয়াগী নমু পোং চ্মীওইবগী শিনলম শিস্থা লোইদ্রি। ঙসি কোরৌ নোংদগী নমোম তম্ফা, তম্ফা কোলোয়নররোয়, লাংওন মপোক অমা তম্লগনি। নহাল নোং-চীংঙু য়াথং পুদুনা

থাঙ্গ খোম্থোক তমজরকপনি।

তম্ফা ব্রাঙমলোয় ঐনা খুম্থোকলম্মী খংহৌম্নবা নুংফৌ চীংগী চীংদোনদা নম্মোমগী খুবম থম্বীয়ু। তম্ফা পাম্থোয়বী, লাইয়োনলৈ তরংবী ঐদি ফৌওইবী, লাইরেম্বীনি, থুমলৈমনি, লৈমা তরেৎ লাংওনবীনি।

ব্রাংঙুদা লৈরিবা খুন্দা লৈতাবা ঙম্নমক চাবা থকপা ব্রাৎতনা নুংঙায় য়াইবি মরাং কায়না পান্দুনা হিংহৌবা ওইরসনুকো। তম্ফা ঐবু লাৎচবা, নিংজবা, য়ুমবুং-য়ুমথোং খুদিংদা ব্রাৎত পাদবা ওইদুনা তরেৎ শেনফু নুংদা শেনজংবা, লোইমোম ফৌগৈ চোন্না হাপচবা, লৈমলৈ ঙাবু ঙাথিনা লেমলৈ ঙাব্রাৎতবা ওইনা খুঞ্জাও লৈচাওনা পানবা ওইহৌরসনুকো পলেম-অপোকপী পলেম-পন্থৌ অপোকপা।

মাইকৈ সলায় খংদনা হুম্নকপা নুংশিৎনা নোংপুরবা লৈচিল নোংফাইগা লোইননা হুম্বা হৌরক্লে। উপাল-ব্রাপাল ঙম্নমক জাগোয় শাবী লৈশাবীগুম্না শাথেক কয়াগা লোইননা হাই হুমলি। অখাক-অরাও নোংথাংগী জগোয়না শনে দাকখ্রিবা উচেক ব্রায়া কয়ানা মহুম লাংদা চংখরে। মপুগী শিন্থা পুরদুনা য়োই ময়াই লাইরেন তাউদনবা, কোরৌ নুমিৎ অপানবসু খিৎ-খিৎ খিংগনা তরং মালংদা শিনশুরকলে। শুক্লা মমলবা তেংবানবা অমমবদা অমম্বনা তিনশিনখিবগুম্না উরক্লে। খংহৌদনা মুরবা নোংগী লক্তা কোরৌ অঙানবনা শাফোংলকলে। শিৎলম্বা নুংশিৎ, মঙলম্বা

নোং কুপ্পমবা লৈচিল নোংফাই কয়া চাংজৌ পান্না চেল্লম্বা ইচেলবু তোবর্বান নিংখায়বদা ইচেলনা পাথোক্তুনা চেন্থখিবগুম্না অকুৎপদা মিৎয়েংগী ব্রাংমা লানখরে। পীরাংনা থুমহৎলবা মিৎস্না লকা অনিদো, পীরোয়ননা উয়ানথাবা লাইনিংথৌ, লৈমা অনিমক মমোমলোই তম্ফাবু য়েংনা-য়েংনা লাইব্রানা শুমহৎলবা মপোক্কুম্না য়েংদুনা লৈরি।

শংবান্নরবা অতিয়াদা য়োই-ময়াই লাইরেন তাউদনবা নুমিৎ স্না খোমদোন অতোনবসু তরং পুংদা শিনকারকলে। হৈরাং-লৈরাং ঙম্নমক লিরি হুম্বা মালংনা জগোয় খুথেক তমহনলকলে। উচেক-ব্রায়া খিবিকনা মপুগী মিংখৈবু শোলদুনা য়াকাইরোনবু শৈশকনা তানথাবু পিরকলে।

ইপাক ইরেন অথোইবা লোক্তাক, পুমলেনসু ইথক হোরকলে, লেপ্পা লৈতনা। ইব্রাই কনবা তুরেনগী ইচেলনা পন্থুংফমবু য়ৌনবা চেনথরি। ঙরাং কৌবা কোরৌ নোংমনখিদুনা ঙসিদা তিনখরে। ঙসিনা হয়েং অমুক নৌনা লৈমন চনদুনা মপুগী লৈকোলদা লৈরাং লৈনম ওইনা তিনখ্রগনি। মমোমলোই তম্ফানা মপুগী শিন্থা লোইরদুনা মহনফমদা হনখ্রবা, মতেফমদা তেখ্রবা পুন্সি শিন্থা লোইরে খন্না লাইরৈবাক্কী লৈকোলদা মহৌশা কোবী লাইরেম্বীগা খুৎশম্নরদুনা অনৌবা লাংওন অমগীদমক লৈচিন-নোংফাইরক্তা মশেন-মরাং, মমি-শামি মিৎয়েংগী মরুমদা তম্ফা লাইরেম্বী খোংহাইখরে, উখিদরে। পলেম-পম্ন্থোগী মিৎয়েংনগী ব্রাংমদা লৈচিন-পোমায় কাং উনা-উনা উখিদ্রবী

তম্ফবু উয়ানথাবা লাইনিংথৌ, পলেম মমা লৈমনা নেংখোং-ফুইনা চুরবা নোংজুগুম্না, ইব্রায় কল্লবা ভুরেলগী ইচেলগুম্না, নোংথাংনা খাকপগুম্না কৌজদুনা খঙহৌই। পলেম ইমাগী চরৈহন, লাংলেন তম্ফা, ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী হিক্ল-হিক্লা তেংথা নাওইখরে। মপল পম্থৌ উয়ানথাবা লাইনিংথৌসু মমোম লাংলেন তম্ফাবু নোংথাং খাকপগুম্না কোরোইনরক্লে।

তম্ফা, তম-ফা, তম্ফা ব্রাঙমলোয় ...! ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী, ........। (হাংলবা তলং মালংদা নিল খোঙদুনা পলেম পম্থৌগী খোঙথাংনা নিলহৌই)।

কৌরৌ নুমিৎ অদুদগী থাঙ্গা ব্রাংঙু লমলেন লমনুংশিদা ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী অমুক হন্না উখিদরে।

'ব্রাংঙু তম্ফা লাইরেম্বীনা লাংওনলম্বগীদমক
ব্রাংঙুদা ইমা লাইরেম্বীগী খুম্বম লৈরি'

*********

অপোকপনা য়াইফরে

লোইরবা



**ফোংখ্রবা লাইরিকশিং :**

১। লৈমন চল্লবী ।।
২। চাক্লিবা ।।
৩। লাংওন মপোক অমদা ।।
(ফৌওইবী লাংওন অহানবা, লাইগী ব্বারি )
৪। ওলাংথাগী লৈপাকলৈ ।।
(ইডুকেসন গী গ্রান্ট ফংখ্রবা ১৯৮১ ইং)
৫। ঐগী নাচোম (শৈরেং)
(ইডুকেসন গী গ্রান্ট ফংখ্রবা ১৯৮১ ইং)
৬। মাইরেল ফমব্রেৎ অমসুং তম্ফা খুদোপ
(লাইগী ব্বারী)
(মণিপুর ষ্টট কলা একাদমীগী গ্রান্ট ফংখ্রবা ১৯৮২ ইং)
৭। সৌবন লাইরেম্বীগীদমক সারম ১০৮
(লাইগী ব্বারি)
৮। থোংঙাম মোন্দুম (লাইগী ব্বারী)
(ইডুকেসন (এস) কী গ্রান্ট ২০০০ ইং)
৯। ব্বাংঙু তম্ফা লাইরেম্বী। (লাইগী ব্বারী)
১০। চিনবিখিবা নাচোমদো চীঙ্গোংলৈগীনি (শৈরেং)

**ফোংলগদবা লাইরিকশিং :**

১। খ্বায় নুংজেং পীবা।
২। থেঙ্গৌরোন (হৌরকলোন অমসুং থেঙ্গৌ খোংজোং, থাং পায়বা-তা পায়বা, ওজা কয়াগী)
৩। মীতৈ মুক্না (হৌরকলোন অমসুং মশান্না)
৪। অতৈ-অতৈ (ইনাৎকী লাইরিকশিং)